কোংজবা :—

শ্রীব্রজমনি শর্ম্মা

য়াইস্কুল, পুলিশলেন।

অহানবা কোঙ্‌বা

কপি— ৫০০,

১৯৮৮ মার্চ্চ,




মমল লুপা—২৫.৫০

---

নম্ফম :— ওরিয়েণ্টেল প্রিণ্টিং হোম,
য়াইস্কুল পুলিশলেন ইম্ফাল।

# বিজ্ঞাপন

কোর শেকু ( কিতাপ ) সিদ সাকক লয়েম ১ম্বুং মৈথৌরোণ অনি পুম্বা ইরি। সাককুকী অর্থদি মুক্তি লয়েমগীনা মার্গ মচুগা শস্ত্রাদি, মহৌরোণগী অর্থ ব্রহ্মবৈবর্ত্ত পুরাণগুম্বনে।

মৈতৈশিংনা অহানবদা নিংথৌকাংবনা হোৎতোকপ সমাগমহৈ মচুগা মহৌ ধর্ম চৎলি মথংদা ককম্থ তোংলোং নিংথৌনা টাইবং মপুবু শংরেন অচৌব হকশাং অথোই মাচোম্পগী জীবশিং চিথ মে হয়মা শঙ্খহনখি। খুমনশিংনা লোংপোক নিংথৌ (শঙ্কর) নংদুন দেবাবু লেনারেন শিদবী থোনখি। লোংবাইজিংবু উদয়াচল হাঙ্গনা কাশ্মীর পণ্ডিত ১না কাল মুগত। উংবাম মহাদেব কংগে হুইরবাদ লোংমাইচৌংদ নিংশদবনে হাইবগী ২ষুব লানজাও মতুমদ নিংব লাকখি।

খৃষ্টাব্দ ৩০০/৪০০ সী মমাংদ অনিল্ কোব নিংথৌ না ঈশ্বরবু চপা ( পাবা ) ওইনা খন্দুনা নিংগনে হাঙ্গনা পাখংব ধর্ম চৎলগ লোংখা-লাইরেন-পাখংব মিংথোল কখি। মহাক কমাম খৃঃ ৯৭ লোয়গী মমাংদ পাংববে, কমালা খৃঃ ৩১/৩৩ পানবান হায়রৈ। মাগী মতুংদ নিংথৌ কাওম্ববাবু জাতিস্ম মপোক খংব মিংথৌবে হাঙ্গৈ। নিংথৌ শামৈরা না মনাও নিপা খমংলাং হাংলগা নিংথৌ ওইখি। মতমমদা মুংচেং ১খিদ মুথিং ৭নি লিন পাখংব তাউখি খমংকাপী খারা মোংখোয়

সাইক সালাই থাম্বনা ব্রহ্ম (পাখংব) মিংব হৌজোকখি। মৈংাক কনবা য়েংখি হাঙৈবদগী য়েংখোম খোমখি। ব্রহ্মবু মৈ (মিত্র) সু কৌবৈ; অহুদগী সালাই খুদিংগী মমিংদ 'ম' অমমম হাপ্লখি। 'ম' হাপ্প হৌব য়েংখোম্ন অহানবনে। সংস্কৃত লোন্দসু 'ম্ব' ওার ব্রহ্ম উচ্যতে" হাঙৈনা খঙবৈ। টাইবং মপুবু ব্রহ্ম ওইন মিংবদগী এংখোম ১দি য়েংখেম্না "পাখংব" হয়াওবৈ কোমমাই নত্রগা মূর্ত্তি শাহনা হয়াওনদে।

মৈহৌরোন'স খোঙাই কুরুম্বনা শামৈরাং হাক্তক্কা ইখি, মরক অসিদ অতৈংন্সু ইরম্ব মাই অম্বু মহারাজ ভাগ্যচন্দ্র (চিংথাংখোম্ব) গী মকমদ য়েংখোম গোম্বাজনা পণ্ডিত ওগ. ইমিম্নখি। মথংদা মহারানী পুংলেমখোম্বী ওয়কে মৈস্নাম কুমুদিনী মহারাণীনা ইহনখি। ইবেম্মসি রাজনিতী হৈবী, মৈতৈ সেমকংপী পলেমমি মৈহৌরোমবু সংগাই কপ্পাংস্নু কৌবৈ। চিংথাংবম জীবেন্দ্র সিংহনা তাং ১১।৮।১৯৩৪ ইংদা শিস্তোকখি, ঐনা তাং ২৭।৩।৮৭ ইং শকাব্দ ১৯০৯ দ ছপ তৌহনবৈ। শাগৈনা মাং থাবগা মিং কোম্না ইব সে চাইখিজগা মৈতৈগনা তে.বৈ। মৈহৌরোম মৈতৈগী লাইরিক অমমম নৈবিও।

কংকম

শ্রীয়েংখোম ভাগ্য

য়াইস্কুল

তাং ।৩। ১৯৮৮ ইং

# সাকোক্-লম্লেন্ অহানবা

## (মোক্ষস্য প্রথম মার্গ য়া পন্থা)

ওঁ টাইবংপানগী মপু কৃষ্ণ অতিয়া শিদব ঈশিং অচৌবগুম্বা তিক্লই শিংশিন্দ্রাই মরু শিদবাবু মতৃ তুবুগ খুদংদ থাংলিব. লাইনিংবা কৃষ্ণ শিদববু কোকু-থক্কী থাকত্রুম্বা ইথুং তরানা থুকুম্বা ইকরক্কে। লাইরিকসিংগী মতিক্কি করম্বা হাঙ্গদুম্বা চম্লোক, মী অক্ষব, মীশাক্রু, মী আহন মীমচা থাহাই চংখোলিব. লাংবু নমুবাশিংবা খঙ্গদবনে। লাইরিকসিংগী মখিদি (১) "সকোক্-লম্লেন অহানবা" কৌই। ইপারি, ইপুরি অচেংপা, য়াবন অচেংপা, য়াবন লমদাং শাং আহানব. খুন্নুং পুবারী অমনবনে। চারমসিবু হেক্না খঙ্গংদব লাইরিক অমা নৈতে অসুম্ব খঙ্ও।

হোচংকু (২) চকপারোন অহুষ্টবাবু হাঙ্গপে.

টাইবংপানগী মপু কৃষ্ণ অতিয়া শিদাবনা টাইবংপান অসিবু সেম্ব লোইরবগুম মসক্ থোক্হনগে হাঙ্গৈদুনা কৈদোম্

---

(১) সকোক্-লম্লেন=সা ওইব পুকচেল কোক্পা হাঙ্গবদি মোক্ষ অংড় নব ফংনব, লম্লেন—কখ্বি অথোইব (নিয়ম অথোইব) লম্লেন অহানব—শ্রেষ্ঠপন্থা ; নত্রগা প্রথম পন্থা য়া মার্গ। (২) যুগ-মরোনগী হো।

চাহুম প'মব লৌকমদি চাকশৌ পূংদাবে, য়ুস্থু' থো' ওইবা চেল্লমই ; থোং মহাক্তি য়ুশৌ পূংদাবে। থুমদি থুম্‌নস্থাদা থোকই, সাদি সায়াম উদা পাল্লমই চাম্পু চায়াম্ উদ ৬'এ। ফিদি চৌং. পাংথোন্দা পাল্লমই অস্থুম থঙ্-ও। অস্থুম পাল্লম নি'থৌ-শিংগী হাক্তকা, হৌমবকপ লমচক্তি শাগৈ শালাই, লাইএং লাইচু নাটরম্‌দে। লাইবু শিংবা লমচক্তি "করেম্লাবু" লাইনিং ওইবৈ। লাইদি স্নামহৌবে। করেম্লমা লাম-কৈএ ( ম্লানকৈএ )

চক অহুদ পাল্লম মীশিং'দো কিজেক্তি লোল'কেবে পুনসি চহি চাপ্পরিবে। মংনাই থা মাইরমদে ; চাক্তি চাহুম চাঙ্গিএ, অহুমা তিন্থুং লাইথুং লৈরম্‌দে। পুনশিংরবগা মংনাই থানাই-রমদবগী মীনা পুহুমা পোংলোই হি'থা'ব হৌমদে উচেক মিংথৌ বিংশাইঙম থিনুং থাক্লা পুথিহু'না হৈপোক্কী চৌংশা''স তুরেন

---

কয়িচকসি চহি ১৯, ১৮, ৮০০০ রে হায়রথি। ইংরেজীদ Golden age, সংস্কৃত লোন্দ সত্যযুগ। ত্রেতা যুগপু মৈতৈন্দা হয়া চুক কৌবৈ। মতমহুদা চেঙ চাবা হৌথি। মীশা লাইগা সমৈ কায়রবদি, মফি বযোম ধর্ম চত্তবা মীশিংবু লাই কৌনরমই। লাইগী অর্থ অমনা লেবতাবে।

মরিমা কম্পানচা অসি মৈতৈ হম্পাকী অবাংদ লৈবা লমদা শানথি। কিজেক্তি মৈমু তোমসোন হায়বাদি অমুব কিবু তোমাল শেংনরমই। শাগৈ শিঙ্হোং থামদব - শাগৈ মমিং থোন্দব উরগ উশাদি সংস্কৃত লোন্দাসু থেংনৈ, মাহাকসি, অসুরগী পুরহিত শুক্রাচার্য্যনে হায়বৈ। উরগ শাগৈনা কাংহুজম ওইথি। পুরহিত হায়বাসি পাচ—শিনাইব কৌনরমই, হজিক্লা পুরহিতসু হায়বৈ।

ওইমা নৈরমই, ভুরেন ভুথুন্দু থাধরগা লাইগী লাইকে তিনখিএ। অহুগা মচা মগু ওইবনা লুমিং মংগা তককরি শুনা ইড়াংলে। অংবু য়োকই চুকসিবু হরি লাংব চুক কৌই হমগীং লাখালাক ১৯, লাখা আপিকপা ১৮. লিসিং ৮ লুনা পামখি।

চহিসে লোইখিবগা হয়া লাংব চুক্‌ কৌখি। চাক্‌চা চেঙ্‌ চারে, চেঙ্‌ পামব লৌফম্‌দি থাংজং রাদ পালই। চুক-সিদা মীগা লাইগা মসৈম্রে চুকসিদা পাল্লম নিংথৌদি মরিয়া ফম্পাম-চানে। ফিজেত্তি নৈমু তোমসোমে। শাকৈ শিস্থোং থাহদরি। মীওইবগী শৃমশিদি চাঁদ চাঙ্গমলে। শিরগ: নৈপাক্ত লোইব হৌখি; মং-নাই থা নাপ র. ত.ঙ্গ-গ. কৌরে, পরেং থোপ্‌ খিল্লে য়াইথোং শাঙ্ক্রে থুনুং পাউ তাক্লে। খাংমিং মিংকোম সক্লরক্লে। য়ুংসেং মইরে পাচ সিনাইদ উরগ উশা অসৈবানে। লু-কৌবাদি লুমিং ৫ মনে, লাইনিং লমচত্তি "অচুম্বানে"। অচুম্বা কৌবাদি থরাই থওবা ( আত্মা থৱব ) কৌই। (১) লাইদি শারেন অচিব'নে। চুক অসি লাথঅক ১৭, লাখ মচা ১ লিসিং ৭ নে। চুকসি লোয়রগ লাংব চুক ফাওরক্লে। লাংবচুক্তা পাললগা মিংথৌদি (২) কল্প্‌ তোল্লোংব

---

(১) শারেন- অচিব=হকশাং লেন্‌ ওইব, অমসুং মাহুদগী অত্মাবু চিথবানে থওব লাইমিংনে বিরাট মূর্ত্তিবু=শারেন অচিব কৌনৈ ১ দি পরমাত্মাবু থওনৈ।

(২) কল্প্‌ তোলোং-না পামব মতমদ মৈত্রবাকপু তোলোং-দিরী প্রবেশ কৌরমই হায়নৈ। মাহাক্ল পাঙ্গদ কোম্নুং সেমখি। কৌক্র

কৌই, লৈবাকা উক্লম থাউচোকপগে। চহি কুম-খা লমচং মকো হোংজিন্না কিজেত্তি তাবুনে। লাইদি কৌক্রুমে। মীগী পুনসিদি চহি চনি মক্লমই। কুমশীং লাখা অচোবা ১৭ লাখা মচা অমা, লিশিং ৭ য়াংলৈবনে (১৭ ১০, ৭০, ৫০ চহি)।

চুকসি লোম্নবগী অকোনব কোন্ন চুক, চুক অসিদা আতিয়া কুরুশিদব, অসীব, অমস্তুং অপানবগী লাই মহুম থেরক্কুনা থরাই অরাপ্ন সেম্মিরে। মাকৈ লাকাই ৭মকপু মুমিং চহোম ভরেং, পূং খেল, মিংকুপ নাহুন, পাল্লি সারিব খৈবিকপু শিঙ্গোং অমা য়াং-লিরগুনা সেম্মিরে। অস্তুম্মা সেম্মিরগী লাইনিংথৌ অপানবানা মমিং কসনা পাথংব থোগা মীংস্তুং লাইস্তুং ওইবা লৈপাক্কী মাপু কম্পন কি চাকচানা লোইরেন লোপতা য়াকায়ে। আসাই লাকুপ লাই অনিমক্তি লাই অমনা য়াপিরোক কোনা পাশংবনী মম্মা শারে। অমদি তাউরোইনাই শাক্লমা লৈপাক পুম্নম মমৈনা মরা চিক্কুনা কোয়না লেরে। অংগা (১) পাখ বনা কম্পান ওইনরে।

লাই লায়বাদি কোকবনী মক্তওইব ইবুঙ্গো হায়বনে লাংব চুকপু সংস্কৃতা তপব কৌই। ধর্মগী শাক্লক মদি থাক্লগী ২দা ভাইরে হায়বনে। তপব চুক অসিদ মহাভারতকী লায়াচিংব থৌখিবদা, যুদ্ধমী ইরাং লাংনাখবাহ মৈত্রবাক্তা য়োংখনা লাংবচুক কৌথি মাক্লে। কোম্নচুক = কলিযুগ ; অতিয়া কুরুশিদব = টাইবংমপু আতিয়া ; অসীব = সৃষ্টিকর্তা অপানবা = অরূব, সত্যময় ভগবান।

(১) পাথংব = টাইবংমপু, পরমাত্মাদু মরৈদ পাথংব কৌই। ঈশ্বরবু পল্লো (পাবা) ওইনা নিংবানে। লিন্ কোব নিংথোনা ঈশ্বর

মকমদি কংলাদনে। অহুমা কংলাগী মেমবু লৈরোংগস্থ মোং-লোনস্থ ৭ খন্ন-ী থৌ ৭ সেম্না কাংলিবনে। থৌ ৭ না কোন্মুনা চেনশিল্লি হায়বনীদমক মথিং কোমুং কৌই।

য়ারম অমস্থ লৈখাদা চেল্লিবা খোং তরেং অহু থঙবা হাঙ্গৈে—খোং অমদি কোবনে, অমমা পুমলাই খোং, কুমস্থ খোং, ময়াংখোং, চেংকোই, নোংচেং, ঙ্গংখোং ন্নুংলাউবী তরেং অসিনে।

তরেং অসিনা মথিং ওল্লে:- খংখোং লাইখোং, মরোং খোং, লিলহাখোং কিমু খোং, চারোই খোং, অহুগা য়াঙ্গীখোং অসিনে। তরেংমকী ঙ্গচিংবদি মোংতোম খোং কৌবা অমা লৈরিএ খোং অসদি হাঙ্গইদনে। খোং অসিগী মপুগা কিথুপ্তি মরিনে - কংলা, য়ুমজাও মুংকোইবি অহুগা য়াওরৈপীনে।

খেল মরিনে কুরিং স্নুংতাই ভিমশিনকম কারনগী মকমদি খোংব চৌংমা লুংনে অস্নুম্না থঙও।

---

পাথংব মিংথোন কৎাব ঈশ্বরবু ইপা ওইন নিংবাসি অগোইবানে। "পিতরী প্রী মাপন্নে প্রিয়ন্তে সর্বদেবতা" ইপান পেরুগা লাইপুম পেল্লি হাওরি। মৈতৈনা পম্মো শ্রীগোবিন্দবু ইপা পাথংবনে থনব তোকপদগী মনাই ওইথি। গোবিন্দদি মপ্তানগী মপু হায়বনে। পাথংব কৌবা নিংসি,। মুসলমান, খৃষ্টানা, ঈশ্বরবু পাথংব ওইনা নিংবরি। মখোং ম য়ায় চাওথংলি। মপাগী মচানে লোয়বা হৌনবে হায়নরি, অকব ইবুংঙোবু ইপা পাথংব ওইবিনিংম্না, মনাই (দাস) ওইবনী মহুত্ত পম্মো কৌসি মংাক পাথংবনে। মীনা মী পোকই, লাইনা লাই পোকই, পাথংবন পাথংব পোকপনে, হকচাংসে পাথংবানে।

কোন্না চুকসিদা অপান্‌বনা যিংথৌ ওইরবদা চাক্তি কৌ-শরগা চেঙ্‌ থোক্লে, চেঙ্‌ অহু ফুংলগা চাক্‌ (চাগ্‌) চাবা কৌরে। কিশেত্তি মৈয়ু তোমসোম, লাইনিং থোই, থাওন্‌ অরিং, চিন্‌ফি, ফানিক্‌ কুথসং ফানিক লংলা থোথাং সম্‌প্রংবে। মৌওইবনী খুৎসু খুৎলাই, পোংলোই লৈতেং অয়াম, চান-থক্রবা, সূ-নব, পান্নবব মশীং অমত্তবু বাঙবা ওয়্না ওয়ে, মারম চঙ্‌ থোক্লে। লাইনিংদি পাথংবাবু সিংএ। পাথংব লাই-রিং হায়বাদি মাহাক খঙ্‌ব মাপা মমা খঙ্‌বা, মাহাক শেংব,

'ম' কার ব্রহ্ম উচ্যতে ও মকারায় নমঃ অহুম্না ব্রহ্ম নিংবৈ। পাথংবাবু অপাবব অক্লব কৌবৈ! টাইবংমপু ঈশ্বরবু ইপা ১দি পংথো ওইনা খনব ধর্ম চৎপাবু পাথংব ধর্ম কৌবৈ। টাইবংপান্দ অসিনা উজাও ওইরগা শীতাগী সনা থাংবাংগী পান্দম্নরগা, সনাথোংনাং মক্লদ খোংনাং ওইনব শিক্লব শরুক ১নৈবাহ্‌ সনামহৈ ১দি সনামহী কৌবৈ। পাথংব ধর্মসি লিন্‌ ময়িং কৌব নিংথৌ ১না হৌতোকাথ, থরাইনা খঙ্‌নরিব নিংথেম কৌব পাথংবাসে 'নস্তে। নিংথেম পাথংবাবু মী মোংতা লাইযেন কৌবৈ, অহুবু লিন পাথংবনা পাথংব ধর্ম হৌতোকথি হায়দুনা লাইরিক কয়াদা ইরি। লিন পাথংব হায়বগী নাপী (নাগ) বু লাই ওইনা নিংবয় মাওই। পাকন হায়দুনা লিন মওং মানব অহু জীবগী লিনথুপ, লিনবোং লিসাংনে, থৌনাওবগী সোজ মাওব ফুট ২১ গ্রোম্‌ শাংই। ইংরেজীদা স্তোমাক্‌ (খিবোং) স্মোল ইন্টেষ্টাইন (লিনশাং) লিনাপোং (লার্জ-ইন্টেষ্টাইন) লিনথুপ্‌ (Colon) অহুম্না নৈবাসি জীবশিংদা নৈ মাহু পাকলনে। অনন্তনাগ যেক্লগা বিষুনা লক্ষ্মীগা সমুদ্রদা টাওদুনা নৈবাহু উৎপাসি পাকলনে। লিন নাপী (লিনঃ) মওং মানবাহুদা অনন্ত নাগ

হৈবা অসিগুম্বাবু হৌই। মীগী পুন্সি ১০৮ যে হায়না কক্লই। থারাই ওইরিব খৈবিকপু অপোক-অশি মাইহল্লে, মংমাই, থাম্বাইরে মীগা নাইগা থক্ত্নক্রে। শিরগা নাইদা তিন্নবা হায়তুন মী অকাবাবু ইড়াংলে। মীগী হকশাংসিবু থারাইগা খাইনরগা মক্চামগু শাগৈ নাতৈন হৌনবা পোংলোই হিথাবা ভৌনরে।

রারম অমস্তুং থক্ত্নব থাঙ্গৈনা নাঙৈরমগে — পোংলোইব হাঙৈবদি, পোংলোইবসে মরী শুই, মাচুদি মুংশিং, ঈশিং, লৈ-পাক্লা মাহুম্নাক্তং শিখিখৌও, মৈদি শিখিন্নরোইএ, মৈ কোম-ও। মিশাবু ৫ রকু মুগৈনা ৬ রক কোঈও, অশিবামুদি ওঈরোম থংবনা থম্ও। মৈ দি মৈব চিংথুমা পোংলোইগদবনে। অস্তুমা লোইরবগা নুমং ১০ দি শুবদ লপ্বাং পাচ হনবনা শাগৈ ৭ কী খেলবুং পুখোক শক্ত্না মরোং চৈগা তয়া মাতাই ঈড়াংলগা, মুমশেংও মাহৈও মাইদি * পাখংবদ থিরজিম্লো। মিংপাউ পুরুমা খুমং পাউতাকও। (১) যাইথোক শাহুল্লো পুরোই লৈ রে কও মথো য়াংক্লাম্ও।

---

অমদি তাওঃবাই-লক্লৈস্থ কৌবৈ, মাপান নাইবব নাপী হায়বনে, দ্রিনবু মৈতৈনা নাপীস্থ কৌই, নাপ হায়বগা যাবৈ। পাখত্ব নাইত্রিংব 'মাহাক খক্ত্বা' হায়ব্যাস সংস্কৃত লোন্দ 'অত্ম জ্ঞান' লৈবা হাযৈ। মাহাক খক্তব হায়বদি অত্ম খক্তব; আত্মজ্ঞান লৈবনে। মৈ, ঈশিং নুংশিং লৈপাক্ত মৈতৈন পোংলোইবব অশিবগী উৎ থর থর-ক্তনৈ। না-হৈও =টাইরেম, তুলসী মচুম, লেংতোকপনে। * টাইবংপানবী মাপা।

খোৌরমসি লোইরগা লুরাং পাচহ্নব উসং অসৈবগা ২ মক্ত, ফি চেঙ্ লুক ৯ শুমা সেম্লগা কি-কিরোই, শেংমা চান্নবিবা মশীংশুমা * খুৎসু যগগা য়াওনা কৎকনবনে অহূগা কোৗরো মমোং খোদা কসনাদা পাউ তাক্কদবনে। কোৗরো মমোংথোৗগী খৌচাম পূকনিং পেনবিরগা হয়ি মিংলেন শোন্দুনা হী মরূ; য়াইমরূগী ফম্বি মখোইবদ খিন্দুনা কৎপিও। অস্তুম্না থরাই অমম্ম লান্নবিএ। অপানব পাখংবনা মুরাপাল্ল লৈপাক্ত থরাই অয়াম্বাবু লানবিগে হায়বগী মীগী মপোক লোহুনা মাতিয়া শিদবমা (১ লাইম্না শাহুনা লৈপাক্ত মিংথৌ ওইনা লৈরমই। লৈমুং য়াইপিরাক্লা মোংতা লাইরেন পাখংব কৌই, কম্বালদ চাহ ১২০ পাল্লমই।

---

পবম আবু পম্হো ওইনা নিংনবদগী মমিং অমা পাখংব থোমি। মাই-খোংশা হন্-মঙ্গল, ওইনবা টাইবং মপূদা মাচুগী মমাঙু কৎলবনে হাঈও. পোলোইদা লৈ (লাই) কৎলু, লৈ কোয়চুনা লোইশিন্. মথো যগ দান তৌবানে।

(১) লাইম্নাসিবু লাইশারাম্ন কৌরৈ। ইবেম্নাসিবু ঐখোয়না তূমলি-ছৈদ-হোনব খোবু থঙ্নৈ। অহুনা পাখংবনা অহিং শারৈ হায়রবে; লাইখুরেম্বীদি জ্ঞানবে, মুংথিবদ লাইরমলেন্দ পারৈ, হায়বদি অহু "থংকোই যাংকোই" লাইবিক্ত অনুম ইবি। অহুগা লাইসারা ১ দি লাইম্নাম্ন কৌবাদি মী ওইনাম্ন তামি। খোংকাং পোবইরৈতোবগী মচনবি হায়রি, অহুগা লাইখুরেম্বীনা খোংকাং পোইরৈতোবগী মতৈমাবে হায়বৈ। পোইরৈতোব হায়বদি ছাত্র, সেবক, শিষ্যগী অর্থদম্ব শিজিরৈ।

নিংথৌসিগী মতুংদা ইবোম চনুনা খুওই তাম্পোক পোকই কখায়দা চহি ১১০ পাম্মখি। মতুংদ নোংমাইঙ্ অহোংবীনা য়োইহৈতোন তাউখিংমাংনে. হাওব খুমা খুৎনিংঙেংঙ্. কাওমু হন্না পেংশিংবা, (১) লাইতোংখুনা কাউথম্বগা. লাইরে : হন্না মাউথঙ্ যাওরৈন চনুনা মাওঘংবনে। নিপাল অমি ৎ পোক মাইরেন, তম তম তেমশিল হনজিন্না পান্নমই অম্মুম থন্ও।

বাব্ব অরুব অমা হাঙ্গেঃ—লাইরেন মাউফংবগী হাক-থক্ত মৈতৈ লৈপাক (২) পাঙনগী গুরু অমা কাপ্রকই; কৃষ্ণ অহুদ নিংথৌনা চিংবা লৈপাক মচা পুম্নমক্কা মাংবী বায়েন ইঙবদা লাইনীং লমচৎ লানশিল্লকলে. লাইগী থৌ বৈথিবকম্নু অশেং

---

পোইবৈতোম্না চাংনব পক্কপ পুবকই চায়বাফি মাতুগী অথ অমনা টাইবংবীনা পোক্লগা চাঃ—নব পুথোকই অতুনা অর্থ ১ না নৌনা পোকপ অতাংবুম্ব পোইবৈতোন কৌই। পোংকাং পাইবৈতোনফি চাক-হাও পোইবৈতোন পুবকপ ব্রহ্মা নত্রগা তিঙ্কংতগী লাংকপা ওইনা তৌই। অতুনা মচন লাইশ্না মহারাণী ওইহনখিদে।

(১) লাইতোং হন্না চিংবাসি. অমুক নিংথৌ ওই অমুক ওইবা তৌখি. অতুবু তেংশিন হনজিন পামবা কৌনৈ। নিংথৌ বাউফংবগী হাক্তক্ত থাখংব ধর্মদ অকায়বা থোকখি নিংথৌসি খৃঃকঃ ৪২৮ তা নিংথৌ ওইখি মহাকথক্তগী মৈতৈনা পাখংবাবু ব্রহ্মনে নিংখি। অতুদগী মৈতৈগী মুম্নাক মমৈদা 'ম' মমেক হাপনখি।

(২) পাংগন্ হাববাসি মুসলমান জাৎ ওইরমগদ্রা নিংই। গুরু লাইবা হাববাসি লাই ওইবা বাবৈনা ডিম্নগা লাইবা ওইখি।

অনাং খঙ্ক্লে, শিরগা মৈদা পোংলোইবাসু লৈবোয়গী মতে হাঙ্গৈছুদা, লংবা কুমবাসুং মাগী মাথংদগীনে। যথদা: চা-হৈদে মামুং লাখে হায়দা ককথুনা থবমলে মাহুসু মানা চাহল্লে। মাহাল মোং অমা মাওরৈমা সাবিগা খুন্কাম মসাকৈগা ২মক্লা কংলা লমতাইবদা য মুক্কা, মোংকৌবিগা মাইরেনগা, অছুম্লা মুংমায়েম্ মামুংবানে হাঙ্গৈরমলে, মতৌঅসুম তৌও লাই অমনা লৈপাক অচৌবাবু মৈখাইগে. অপিশকপু চাউহম্লগে হাঙ্গৈবা মতৌ ওম-তৈবা পাঙ্গল্ কুক্কুনা লমচৎ তৌনা মায়দা তৌহমবাবু লাইরেম মাওকংবগী লাইনিং লংচৎ অথোইবনা মৈখাইবা ওবদানা অসুম লৈরিবৈদা. লৈপাক সেম্বা লাইগুরু অতিয়া শিদবনা খোৎঙাদবিবদগী. মৌগী মপুক্কু চৎঙুনা মোংবান অপাংবমদা, গুরু লাইব কৌনা লাইগী মসক ওইবা কাওরকই। লাই মাহাক্কী মাপাংদি মোংপান আবাম্বমদা অয়াম্বগী শিবা: হোংবাগী ময়ুংদা ওক্লেম লাবা থারোমবা খিংলো কোং-হমব মনিং পুকচাও তৌনা পোকাপবে। অসুম পোক্লরবদ, আসাইগী পাঙ্গল গুরুদি নিংথৌগী মাপাল্-না নুংঙাই মখে লৈতানা পাল্লিবৈদা, লাই-রেম মাওকংবগী শনাই ইমকাও ঙংঙৌ (যাকাও) লান্-বাবু, লৈপাক্কী অহৈবা মীনা খঙ্লবদগী নিংথৌগী মাইকনবা গুরু লাইবনা হায়রকই "হে লাইনিংথৌ! হন্দক হৌবা শনাই অসিদি পরিং-মাচি না ঙংহৌ লাক্লে: মপুথৌগী থীগাং শোক্লে, লৈপাক্কি অশিং অহৈ-অখঙ্বাবু লৈত্রবর?"

অসুম্না নিংথৌগা (১) লৈপাক কোইবা অয়াম্বগা গুরু

লাইবাগী চাংনরিৎদা পাণ্ডব্ গুরুশুং বারমসি তারবগা পুক্নিং অকিব লোয়ননা কংলাদা থুনা কারকনে। পাণ্ডব গুরুনা লাকপা উত্না নিংথৌবা হায়চখএ, 'হে গুরু অথোইবাও, গুরুনা হন্দক হেৎবা শঙ্কাইসিদি পরিং করম্ চাঙ্গে হায়এ মতৌ করম্না সেমগবনো'' ?

গুরুনা অশাওবগা লোয়ননা খুমলকই 'হে নিংথৌ অথোই বাও! মীগী বারম্ তাত্না নিংথৌ পুকনিং থাজরুগনো, উঃহো লাম্লে হায়বসি গুরু কনানো ওয়ানো. বারম অরেপ্পাবু ওইরবদি খুংথিন মতৌ থজিক্লু হায়হল্লো. বারমসি নত্তনা, লৈকাইগী কোস্তু মগোন তাবদা খুং গোক্পা লুংশা মখিল তামা লম্ পোকপা নাগানা মাইবা শান্তুনা মং থলবা থোক্লে। বারমসিগীদমক পুকনিং তাম্লো "শক রোই।"

পাণ্ডব গুরুগী বাবু জৈনিংশা থউগ মানবিদানা, লৌমপুবু য়োংনা টানবা; যুমটাংনা কৈনাবা মৈ লেৎনা পেনা খোংবা থামোম নত্তনা নগ্না থাংব, লৈপুন্না রব শাবা য়োং থোংদবা অরগুম্বাবু নিংথৌনা চিংনা লৈপাক মচা, অমাম্দি অওংগুরু লাইবাদা মানিংলোন লৈ কৈরগী লাইরেন ন উকনবা হাঙ্গৈকলে। হে-অহাং-ও! মংনা নিংথৌ গ্রন্থ শঙ্কাইবু কেন মতম শোয়রে, হাঙ্গৈবিবাসিবু লাই কনাবা তাকপনো, নংনা থডবা উবা রারা? অতাং নংশু লৈকাই কদাইদগীনো, নযুম নকৈ করম্বনো?

(১) লৈপাক কোইব = লৈপাক পুম্বির অচম-মাং.

গুরু লাইবানা খুমই, "হে লাইনিংথৌ, য়াইফাবাও, ঐদি মপী লাইনিং লমচং মচেৎপনা লপুথৌ পাখংবানা থৌজান-বিরবনি নৈনপাক মায়া চেংলবা, ঐবু আশা বমদা ইমিং লাইব কোৎ থৌজবরে। নিংথৌ পুকনিংনা ঐনা হায়বদিবু থাজরবদি খুংথিন্ মতৌ করম্বাবু উংলো হায়বাবো? হে নিংথৌ মথোই-বাও।" নিংথোনা হায়রকই "হে অঙাং, নংনা অমরক পরিং লাংসি খনো চন্দ্রনা তৌ ও"। নিংথৌনা মাথং পীরবদ লাইবানা খুমই "এবু খনোবা সমুড হাঙ্গিরবদি উংগো যাত্রা উ) মচিংবা শঙাইয়ুম্বী অয়াম্বাবু শুম্ দক্লোক্লগা লোক্লাক্লে থাবক্পদনে অহুগা চাং মমি' মাইবশিংদ কোইরব উশিংশিং লোক্লরগা উরেপ চাংরা ওৎপদবনে। লোক্লপদবা উংগী (যন্ত্র) ওইপদবদি কোক্লকপী খেউ খোংক্লে, যন্ত্র পাবাদি চৌ ঘৈদগী চাংথাং উপলনে। যাত্রা মথং ১দি রাংব্রেন্দগী য়ুংপদনে, মাহুগী উ-পাদি পিশুব চাংদগী তুমিংলাগা উনিংথোগা পাপদনে। মথং উ অমদি লাংজিংদগী লাং-মা য়ুংগনে। মাহু পাগদবদি চিংথাংদগী পামেল ত ইমারেন্না পাগনে। য়ুমচাও কা ৯ মক্তৌ য়ুম্বিদি চৌংলেন মিংনাইবশিংদগী উ মথিং নাইবশিদগী উনিং মাইরব-শিংবু মপাংশুনা লোক্লগনে। উংথাকুংতন ওইবাগদবদি হৈং-পোক্লগী উ-না ওইগনে, থাঙবু ওইগদবদি থেবু চৌংদগী উনা ওইগনে। উ-র ঙাচাং ওইবদি থৎ কারাংদগী যা-না ওইগনে। মি কৃষ্ণদি লংমাইচাংদগী-না কুপকনে।

পৈয়া পূন্নবদি য়বপাইদগীনা ওইগনে। থাংডেবদি

লাঙ্গোন্দগী উ মা ওইগনে মাইকৈ মরিমক্তি খুরাই খুনকম্‌ মরিমক্তগী উ-মা ওইগদনে।

অমুম হায়রবদ নিংথৌনা চিংবা লৈপাক-মচা অমাগীনা হায়াও-না য়াজবদ' গুরু লাইবানা হাঙ্গিরকই, "হে লাইনিংথৌ! ঐবু পুক্লিং পীরা থাজরবদি' ঐনা লেপ্পা সেমগে. ঐনা তৌবাসিবু মপুথৌ পাখংবানা কুবিস্লুমো; হৌজিক্তি ইকিকস্নুং তাংনা থক্‌হের্রো. ঐনা হায়রিবা যাত্রা উথুন লাল্লে; মপুথৌগী য়াহ্‌বি সে'ক্লে হাঙ্গবানে লেপ্পা এংও, ঐনা লেপ্পা থক্‌হনবনে. বায়ন অমসু হাঙ্গিগে. পাঙন গুরুনা হৌরম্ব উটৌ যাত্রাসিবু নিংথৌগী মপাল্লা সংখোরগে এ-উ। হে নিংথৌ অখোইবাও। অস্মুম্না হাঙ্গিরগা গুরু লাইবাদি, অতিয়া গুরু, অসীব অপানব লাই অহুম্ন খুইম্নগা ভাউরোইমাইবু মকৈ মকোক ফি-খুপ অহুমকপু খুপচিল্লগা হেংদশল্লে অহুগা চিরাইব খাংলোন মাপলবু শোল্লগা খুপাক্না উগৌদা ৭ তরেংলক হৈবদা (১) ভাউরোই-মাইগী থৌজান্দগী. সুংশাশোর অমুরুক কাষথোকপদা যাত্রা (উহৌ) উমাচিংবা পরেং অয়াম্‌স্ন মথক্না কুক্লোক্কুমা পাইখ্‌গা লোক্কাক্না টাখি, লাই ওইখি। অংসাইগী যাত্রাগী উথুন অহোবমগী ইরাংমা ঈচাং ঙাংনা হাখোল্লক্লে। মতৌ ওস্মোকপ অমা ওইরে। যাত্রা উহৌনা পাইখিবগা লৈ-নুংমগী

(১) ভাউরোইনাই-হুমিং ভাউত্নুনা লোইননা লৈব নাই, প্রকৃতিবুম থক্‌লৈ।

ঈমা চোংথোক্লক্পা মতৌ অনিমক উ দ নিংথৌমা চিবা লৈবাকমচা অয়াম্বাদো ইচুক উক্রবদা অচৌং চহি ১০দা তাইরিব অশাংবন লাইবাদা চিংথৌ নাউফংবনা হায়রকই—"হে অচৌং গুরু! নংনা হায়রবা য়াথংবু সোয়রে, থৌরম করম তৌরগা ঐনা য়াইফগদগে?"

লাইবামা থুনাই "হে নিংথৌ অথোইবা পুক্লিং অরেম্বা য়থং থাজবাবু লৈরবাদ লাইনিংথৌগী য়াইক-মহৈ ওইমবা, থৌরম ওইরিব লৈখিকপু-তৌরগদবানে; হে নিংথৌ অথোইব! নপুথৌ অপানবাবু কউপগ্গ পাক্লং কর নিংবনো নিংথৌ লঙ্গাই যুমজাও কা মাপল্লগী উখুল থুদিদা নপুথৌনা, লাইনিংথৌ নংবু খঙহনব মতিক উৎলিবাসিমা লাইবা ইথয়া ওয়রোই; লাইবা ঐগা পোকখিনব ইপাং লৈএ; অরম্বনা য়োকলিব মঙ্গ লাংব, মরায়বক ভাংব মথোঙ মরি তাংবা মপুক লাংব, পুকচাউবু হোংবগী ময়ুদা লৈবামা, মাগী লাইচম ওইরে, থুনা কৌরু—ও।

অস্থম হায়রবদ লাইরেন নাউফংবদি ভগ্গাংনবাই নিংথৌ সেনব ৭ পু থুম শিখিরবদা অয়াম্বম হজাব হোংবদা নিংথৌ সন-য়াথং অথুম্বাবু হায়রুবদ, হোবামা থগৎবি— মতৌ করম তৌসিবানো, পুকচ ও আসদি। (১) নোংপান লাইদা কণ্ডুনা (২) পোক্লেম (৩) থৌনিংগে হায়ববু নিংথৌমা নিবরে, পীক্র-বাদি গ্রহাক্ শিগদবনে অসি থন্দুনা থয়ুথ লাইনা য়াবিদে।

---

(১) নোংপান লাই—অতোংবগী লাই. (২) পোক্লেন=মপা

অসি থন্দুনা হোংব মাহাক য়াওনা পুকচাওবু ওক্সংদগী হোই-দোক্লবাবু থিংলোমখি মাইনা ওক্লেন শাকূপ-শায়বগী, অয়াম্বম হোংবনচিংব নিংথৌ শেনব ৭ অমম্নুং থবাই-মিপাইমা লাইরেন নিংথৌ মাউফংবদা বাকৎচখিএ। 'সানা য়াথংলেম লুদা থোংমা" নমাই হোংবা য়াওনা পুকচাউবু কৌক্লবাবু য়াবিহমদে, হে লাইখিংথৌও" !

নিংথৌনা গুরুদা হায়এ "হে অহাং গুরু! মপাং পুকচাউ কৌক্লবদা লাকপিদরে মতৌ করম তৌসিবনো!" গুরুনা হাঈখি "হে নিংথৌ! করি নোংমীনো পুকচাউনা য়াদবাসিদি. ঐগী সক উক্রিবগী তৌবনে"। লোয়নহনা চৎখ্রে।

গুরু লাইবাম্না লাঃ লাতোন অমদ চেঙকুপ্‌ থর টিংথৌ মপোপ্‌ ১৫, কোময়াই হাপ্লগা, পুকচাউগী মমাংদ থারবগা গুরুনা হাঈএ, "হে পুকচাউ! ভাও-লাইবা ঐগা ইখিগাবু লাইরেন মাউফংবগীদমক পোকমিন্নরবনে, পুকনিং তপ্লা মিংসিংও —চৎসে, চৎসে। পুকচাউদি লাইবগী মসক উবদা থিংলো মখি-মাই ওক্লেন মায়াং হৌনা লোংপান ওক্সংমুংদগী লাইবগী মখাং ঠানা লাইখিংথৌ মাউফংবগী শঙ্খাই কোন্নুং চঙলকপাবু

মপু পোকপ, পিতৃগণ পমুম লাই—স্বর্গগী লাই, সংস্কৃত লোন্দাগী আতিয়াবু 'ব' হায়বৈ। ওকুমং=গুরু সেথোক ওকুকম, ওক্ থবা সং।

থুয়াই ব'ঈয়ংবনা বাযয়ক্লবদ=চৌংথৈগী মচান লাক্লবদ। বাংথৈ কৈতু-বনাম তুময়ক্লবদ=নুমিৎ থোনজ্রনা সা-কৈ থোক্ত্রবদ, থ্বাই হাবাইবনা লৈ থানকপা থাঈয়োম থংবদ নুমিৎ লাক্লবদ। মাইহ্রকোন য়াই চাইবনা চাখিনবদ—আতিয়াগী কোম নোংখা লৈত্রবদ।

লাইরেন মাঙকংবদ গুরু লাইবমা হাঈরকএ:— হে নিংথৌ অথোইবাও, নিংথৌ য়াইফবব, লাইবা পুকচাও হোংবা, ঐখোয় অভুম থুংলরে. পুকনীং অপাম্ব. অরেপ্প থুংলগনে, তৌবসু পুকচাউবু অসুম্ম থক্করোই ওক্সং লৈমা মাহুমা থমগদবে, মাগী মাথৌ বাংলিএ, মুমিং মাতাং চংত্রি. হয়েং মোংসোয়-রবগী' থুরাইরাঈরংবমা রায়রক্লবা রাংথৈ কৈতুবামাস্থ ভুরক্লব থ্রাই হারাইবমা ল থাল্লকপা, য়াইস্নকোন য়াই চাইবামা চংসিল্লথ্রবগী অহিং নোংয়াই মতমদ লাইব পুকচাও, হোংবা অহুগা নিংথৌ ঐখোয় মরিবু থোক্লগা নপুথোগী মরিক মচুম অয়াঙ্গবু হংন্ন সেংতোকখিগদনে। অসুম হায়রগা পুকচাউবু ওক্সং শাহুমা থম্লে. হয়েং মুমিং মতাং চাব এংহুমা পুকচাউবু শঙ্গাই য়ুথচাও কা নদা থাদোক্লে, হোংবনা কোয়না ইন্দুমা ভাক্লে, গুরুগা নিংথৌগা অনিমক্তি থা—আবাংদ লেপথি অসুম্ম লৈরবগা আসাইগী উথুম্ অয়াম্বানে পেরেগী মতৌগুম্মা চোংথংলকপা ঈ অয়াম্বাদো পুকচাউমা ঈমগা ঈম সায়গ সাঈমা মোংচুপ মোং-পোক থং-আগাং লাঈচি মরিমক সঙ্গাই য়ুক্কম পুম্নমকপু লাংগোম্মা থোইবগুম লৈতেম মাম্নমা সেমহোরে। মতৌস্নুম্মা মোংচুপ লোমদগী লাক্লমা নিংথৌ মাউকংবগী হাক্থক্ত শঙ্গাই য়ুমজাও শাবগী উহৌমানবগী আশাংবম গুরুনা অনৌবমেম হোরবদা মকম পুম্নবক, মুভাইমরোএ পাংভন গুরুস্নং থরাবা মংহাম্দাম, গুরু লাইবাগী য়াথংদগী থরাই লাইশেং চারোএ।

(১) নিংথৌসিগী মতুংসিদা শামৈরাং য়োইরেম্বনা পামখি, মথংদা উরা কোম্থোনা মথংদা নাওথিংখোংনা নিংথৌ ওইখি।

(২) নাউথিংখোংগী মতমদা মঙাং লুবাং খুমন গুরু অহুম্না মীগী মংোক্ত পোক্তুনা থরাই অয়াম্বাবু লানাবগে, কাওরকপদা নাউথিংখোংনা গুরুগী খুয়াদা থরাই হকচাং কংনা মিজরবগী লাইদি গুরু অথোইবা মঙাংনা নাউথিংখোংগী পুক্নিং অরেপ্পাবু উরবগী গুরুগী মাথং অথুম্বানা হায়বিরক "হে নিংথৌ অথোইবও! পুক্নিং অপাম্বা হায় ও নপুক্নিং মতুংইন্না অরেপ্পাবু হায়বিরগে। লাইরেন নাউথিংখোংনা মমিঙ্গা মাপ শিঙ্করক্লে, লৈপাক্ত টুনা হাঙৈজে 'হে গুরু ইবুঙো! নিংথৌ ঐবু গুরুগী খোজান অথো-ইববু পীনগে হায়রবদি মীওইব ঐথোয়না লাইনিং লমংং করম্বনা

(১) থেংঙাই কুকুম্বানা ইরম্বাদদি মাওথিরৈম্মানা পোকপ; থমং খামলাংনা চহি অহুম পাম'থ মথংদা শামৈরাংনা পানখি।

(২) নিংথৌ নাউথিংখোংবু হৌজক মতমদা লাই হ রাওবগী লাই ওইনা লাংনরি। ভারতবর্ষদা ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বর গুরু অহুম লাংলগুম মঙাং, লুবাং অমসুং খুমন গুরুবু লাংনখি। থংজোই মাংজোই লাইকণতা মঙাং গুরুসি চহি ৭০০, লুবাং গুরুনা চহি ৫০০, খুমন গুরুনা চহি ৩০০ পুম্নশিখ। নাউথিংখোংনা রাজনীতিসি লুবাং গুরুদগী টম্মখি। উরিষ্যাদ, জগন্নাথ সুভদ্রা, বলভদ্র অসি গুরু অহুমগী মসক্লে, সুভদ্রানা মঙাং বলরামনা লুবাং জগন্নাথনা খুমন গুরুনে। মঙাং গুরুসি ব্রহ্মামকনে, মঙান্ হায়বদগী মঙাং ওইবনে। সাকক্ লম্লেন হায়বদি মোক্ষ ১দি মুক্তি মার্গগী পন্থা (লমলেন) নাউথিংখোংনা হংলি নাউ-থিংখোংসে অঙোম নিংঙোন কোরগা চৈংবাংলক্ নোংম.ইচৌংদা মাওং

চায়রম্বগে পুক্কি অকিব লৈতবা, থবাই মুঙাইব থিংবাইদ, পুক্কি মাথৈ খঙ্ঘন অসিব খোইতৌবু ফাজিমগদবানে। খোঙ্গদৌ সাহাক্কী মথিং দ "লৈমোম্-লৈমাম্ব র-ধো-নপ" কৌই; লেপ্পা তোও চানগদবগে। চেৎনা শোঞ্জুরবদি পোৎসক মাহাক ফওরক্লদবনে অস্তুম খঙ্ও।

অদিগী খোঙজেম ওইগদবদি পুক্কিং তপ্পা, থবাই চাকপা, অরেপ্পা, কাউদব, অফব য়াথং চুম্ব লিংজেন শেংব, মখোয় তরেৎ (৭) অসিবু খ'ফরোই। অসিবু ঙম্বাদি থাবাই লাম্ব ঙম-গদবে মসুম খঙ্ও। (১) অসিগী খোঙজোম ঙম্বদি থবাই লানবা ঙমগদবনে অস্তুম খঙ্ও। নাউথিখোংও! মাহাক কৌব লাইহুদি মিং মন্নুংদা লৈরিব ময়ক অনিমক অহুনে তাংনা খঙ্ও।

---

চাবৈ। অ'ত্মা (মহাক) উম্নব তৌবসি অক্রবানে, মৈতৈ বাতাম ব্রহ্ম পুথে কুব খারবদগী ঙ'ওই হায়বৈ। শ্রীমতী রাধা অমদি লৈমারেন শিদবীনা গুরুনি; রাধা নত্তনা কৃষ্ণ ফংদে।

(১) পুক্কিংতপ্পা=হাথু হাথু তৌদব, থাউদব, থবাই ঙ'কপ = ব্রহ্মচারী, অমদি স্ত্রীসঙ্গ তৌদব, অরেপ্পা=সত্য ওইব চায়থিব ঙ'ক্কা চৎপ; কাউদব = থিংসিংহুনা হম্না হম্না থনব (তপঃ তৌব), অফবা = পুকচেল ১দি বাথনকব সাধুতা; য়াথং চুম্ব = মীনম্ব চাদব, তৌগে হায়রগা তৌব, লিংজেন শেংব = সু-সাহসিক। থবাই লানবা — সাক্ষ অমদি মুক্তি। মিং নহাদো আত্মানে হায়হুনা মঙাং ঙক্না তাকপিরি।

মনুংদা লৈবা লাইসং অমিমক্ত 'হ'গী মফম্লে। 'স'মা-'র' দা টোংলে। 'র' দি লৈমারেমনে। মাহাক্তি থোঙ্গৈ-ত্তোনে। 'ল' দি থম্বাল মাংমা অয়োঙ্বা অহুদানে অসুম্না খঙ্ও লুরবা রানে। মথোয় মরিসিনা মথং মথং শিন্দুনা নুমিৎ, থা, থরাম্নিচাক চহি ওইহুনা টাইবং পানবাবু পুরিএ। মরি-সিনা হকশাং মনুংদ চঙ্না লৈহনা অকা-কত্তব আনবু তম্বি-রিবানে। কয়ম্না তামবিবানো খঙ্নব খজিক্তং হায়গে।

নুমিৎ থুদিংগুম মৎৌশা সোরনা চংলিবাবু পুক্রিংমা খঙ্গদবানে। অহানবদ "হ" মা চংএ। চংলি চত্তে হাঙ্গৈবাবু কয়ম্না খঙ্গনে হায়রবা দ সোরদো মতাম্ কুইদাবানে, থপেং-থপেং কি'থ কিকুম তৌবানে। মাচি অমিমক সোরমা ঙম্না চংপানে, অসুম চংলিদৈদ মহাক্কী হকশাং অদো থোকৈশাও-লিমশাওব চোকথব তৌবানে, আশাব' রাঙ্গাংনা ঙাইরে অসি খঙ্ও তৌরিব খুদম অহুরু খঙ্লগা পুকনিংমা লৌশিংবু থেম্নুমা সনাহিতাক ওইনা চমশিন্লো, অসিগী থোঙ্কোমদি হো-হো লাউদব অতপ্পা পুক্রিং মুঙ্গাইব, অহুগা হারাওব অস্তুমসিমা নৈবু কা-মোও। অসিবু ঙমবাদি মৈনা চঙ্বা ঙম্লরে ই।

মথং অমা মুংশিংনা চংলিদৈঙদি মুংশাসোরদো, চুমথুন-চুম্না মাচী অমিমকী মথক্ত রাংনা চংথরক্কদবানে। অসুম্না

(১) মুংশিং কাররদা শাম্বানে, অসুমা 'স' বু মোংশিন্দুনা

চৎলিন্দৈদা মংগী হকশাংদো পুকলিন্ কোম্না ত্থিমজুম্ খানাং মিংবানে, চানিং থকনিংদবানে, পুক্নিংদি নুং পংনবগী-মওং ওইবানে অস্থুম থঙ-ও। মতম অহুদা মচীন মরৈ, ঙৌ অভুম্বকপু সায়না সায়না শুন্যগী মসক্ অকোয়বাহুবু লৈমা লৈনা পুশিন্দুনা চা-নীং টানা য়োংথোও নুংশিংকী তেন্নে থঙ্ও।। (১)

মথং অমা ঈশিংনা চৎলিন্দৈদদি শোয়দো মরী চুম্না নাতোম অনিমক্ পাংথক মাম্নবা থল্না মপুংফাম চৎপনে, হকশাংদি লুম থানৈয়ে, চাব-থকপা হাউতবনে, নাতোম খোংবনে। পুক্নিংদি অথোবানে, অঙম্বা, অশেংবা, অঙ্গ ব পোকই! মাহু থোক্লবদি ঐনা ঐনা পাম্ব মফমহুদা নিংথৌনা থবায়গা শোয়গা লোয়নবা লৌশিংনা পুসিল্হোও লেপনা পাঙ্লবনে থঙ্ও।

লৈপাক্না পুরিবৈঙদদি হকশাং লূময়ে। নাতোম্-নাকচি অনিমাস্থং মরীচুম্না চৎপানে পুক্নিং তপ্এ, মীনা ঙাংনাবাস্থং খুম্নিং হাঙ্গৈমিংদে মাথং ঙামিং-শকনিংদে, মতমহুদা নিংগদবাদি নাকোংনা তাবাদ মুংঙাইব, মিংনা উবগী অপাম্ব; নাতোনগী মমম মুংশিনব মরম অহমসিনা নু সাশোয়বু ফাজিল্লো, লেপনা ঙম্বানে, অস্থুম্ থঙও।

লাই মরিমক্সিগী মঙুংদা মাহেন্দ্রি কোবা মপুদো অহুদা মিংকুপ তম্লেংলক্ চঙ্হুনা র উ রা ওইনা পিরিএ। মতম

শাম্নবানা মুংশিংকাব কোকৈ। অভ্যাস (শাম্নবা) অসি হৈত্রবাদি কায়দে। গুরুশিংনা তাকপিবাসে চাং য়েংবিও।

অহদা পূক্লিংদা পূক্লিং ফাব তম্বা লৌশিং অথোইবাবু কাও-রকপানে, অস্সুম্না খঙ্ও।

ব'রম অমা হায়গে, মৈমা হৌরক্লবদি 'হ' চৈথেবু 'র' গী চৈথেনা নল্লো, 'হ' দি খৌরিগী মথৈ মথক্লম্ কাহমগনো, মিংকুপ তরেংনক্ শাল্লোও হকশাং ফবমে. নুঙাইবনে, পুনশিএ।

ঈশিংমা হৌরবাদি 'র' দি থম্মো 'হ' মা পুংচৈ ওইউ য়ারোমদা হোম্ভোকও।

মুংশিংবা হৌরবদি 'স' গী পুংচৈ তেন্ন-নব "সরহ" মা শোর হোম্ভোকউ অস্সুম্না খঙও। য়াসি চানরব'মে হকশাংফব, পুন্সিব' য়'মে। অহুপা লাইগী মমিং শোন্নো।

লাইমিং'দি :—

হরে মকে মহে কারে,
হরিতি উইতে তে
দি কিং হিং মিহিংসং॥

লাই অসিনা লৈবদি টাইপংবানসিদ মঙাম্ য়াঙাংকী ফম্বি ওইনা লৈএ। মরোল্ অহুম্ শুমা লৈ। অমদি অতিং কোক্ কৌই।

অমনা অতিয়া, অমমা আতিংঙা। আতিংকোক কৌবদি অহানব মসক্লে মাহাক্কি নিংশানে। আতিয়াদি কুক্ননে। আতিংঙা কৌবাদি ইশানে। অহুমকী মচুদি অমুব, অঙাংব, অয়াওব-নে। অহুম্না অমত্তা ওইমা তাশিন্নবাদি লিক্লা

মচুনে। মাখিং "অংস সখং হেরে কৌই। 'অংস' না অ'পাক আপা অমিমকপু টম্নি. চিংউ অসংবানে সখং না য় হৌখম হৌরিবানে খোইয়ুম অঙাইবানে। 'হেরে' না মপা কৃষ্ণ লেগে অমনা মিনে, অমনা হকশাংনে, অমনা মমি'নে। অশুবকী তিম্নকমদি অতি'কোক্লে অস্মুম খঙ্-এ। *

হে মিংথৌ য়াইফবও! লাইফম অথোইব অ'সদ ল'ইনিং লমচং করম মহৈ ভাল্লিব. করমনা সেম্‌মুমা য়ৌবা ঙমদে হায়রা ভাংবা খঙ ও।

থায়না মঙাং শিদবানা হাঙ্গিরে "হে নিংথৌ ন'উথিংখো'ংও! শুক্র ঐগী মাখংসিবু নিংথৌমা পুক্নিং জপ্না ভাও। থর'য় হকশাং পুমবা লম্লেন্ (১) হায়রকে "টাইপং পানসিদা পোক্লবদি

---

* মীওইবনা হায়-নায় লোবদ হায়বাদ লাইমিং কৌবাদ অর্থ খঙ্‌না লোগ'নে হায়দ্রি হৈতৈ শুক্রশিংনা অথ হমবিষ্ণুনা লাইমিংসি ভাকশিদ্রি বৈষ্ণব ধর্ম্মন'চংবদা শংলোনা অপোইবনে 'শাক্র অশুপা বিরাট মূর্ত্তিবু শ্রীকৃষ্ণগী মসক্কে হায়রি। অতিংকোকৃতি—ইকোক কোকপা. তিনকাকোক্ আতিয়া, মুংশিং, ইদাং হাংলবা অতিংকোক্নি হায়র। মুমিং খা, থবানমিচাক পৃথিবী, মুংশিং, নোংশা. আত্রয়া পুম্নমক্ অমসী মমাংদা লৈরবা অহুনে। ওংহোক্না চাউথে।

মসক্ নাইরবা বিরাট মূর্ত্তিদগী হেনবা হাথরা লাম্ব কংক্রব', পোকপা, হিংব' অমুপা শিব পুম্নমক ওইরিব অহুনে. ব্রহ্মাময় খঙ্‌ব ঙমদব ইবুঙোনে পরংব্রহ্ম ওইবাহ্ আতিংকোক্লে।

লাইমিং ভাকৃপদা "হেরে" না মপা শুক্রনে, অমনা মিনে হায়বদি আশ্রানে অমন' জীবগী হকশাংনে হায়রি। "হেরে" না মাপা শুক্র লেবনে

মচ্চা য়োইরেম্বব কৌনা সনা মচীনা লাম্বিরেএ। *

নিংথৌ খোংতেকচা য়োইরেম্বম্বু লাংচা লৌপু কৈদা বাটপু টানবদা আয়াং ৬৪ মক্না লোয়মনা চঙ্না লোঙ্গাখি। অস্থুম খঙ্ও। (মাতাংসি হান্নদি ইরমদে অহুমকপু লাইখক অতৈ পাবদা নিংথৌ খোংতেকচাসি 'অহুম ৬৪ গা লোয়মনা ঈশিংদা টাহনা শিখি, অহুবু চঙ্না লোঙ্গাব হায়রৈ। লোঃচমগী লি। অমতদি লোং পায়হনা হিংহোএ হায়দনী থিগাহনী শাগৈবু লোংজম্ হায়না খঙমখি

লাইরেম নাউথিংখোংদা মতাং শুক্র শিদবানা একৌংদা হায়রিবম্ব মরমদি অসিনে। হে মীপোক য়াইকব শিংও! বায়মসি তাজরবদি ফত্তব খৈবিকপু লেপ্প কোকদবনে। মৈতৈগী লাইরেন নাউথিংখোং হাক্তা মঙাং লৈরাং, থমন অহুম্না মীওইনা কাওরকপগী বাংলে নিংথৌ খোংতেকচাগী মতুংদা, (১) কৈরেন কাবনা নিংথৌ ওইখি।

মথংদা য়ায়াবা নিংথৌ, মথমঃ নিংথৌ চং মথমা চেলৈ ইপান লাম্পাব মথাদ নিংথৌ ইরেংব পানখি

ইরেংবনা পানবদা অমুকম্ব পাছম গুরু অমা কাওরকই। মগী মাথং মতুংইন্না লমচং অমুক লামশিনখি। মুংনবা শা চাবা,

---

* নিংথৌ নাউথিংখোংগী মচ্চা ওইনা ভগবান স্নামহীনা মী ওইনা পোকপীহনা যাবু মুক্তি (লানবীনব) শিখি।

(১) কৈরেন কাবা য়াওবাসি কই-রেন কাব ওইগদবাদে। কৈ হায়রগা কোং, কই হায়বগা শাম অমদি ব্যাঘ্র থঙৈ। মথক্তীসি পাবগা

সতুম তুম মাগী য়াথ দগীমে। মহাক্কী লমচং আত্তানবাবু লাট না য়াংদ, অয়োকব পিখি। মাবাটে থাজবদগী নিংথৌগী কপ্পামদা ফমলুবদগী লাট ট উরোইমাইমা শাউহুনা মাগী চীদোম্না খিনহত্তুনা পাঙান্দ মায়দ ঔতোং ওংনা পিখি নিংথৌবুসু তাউরোইমাই. শাউহুনা কোম্নরগা কোনচিন্দা থুপথবগী লৈপাক মরোং টানা লৈহৌএ

(১) নিংথৌহুন রাথন থেংবদগী মাতাকথক্ত চহি তরেং নিংথৌ পাম্বব ওয়খিদে। মতমহুদা মীগী মপুক্ত চঙহুনা লাঙোলদা লোথেন কৌব কাংল্লংখি অমরক থংোব লাইশ্লক লাইগু লাংচং ঠিহুনা সেম্বরে. ফাং ওক্লাইখি।

নিংথৌসিগী হাকথক; হৈপোক্লগী কই অমনা নিংথৌ কোংনুদা চঙলক্তুনা কংলা কাংস্তোংগী থাংথাদা লাই ওইনা যাওখি।

অংগী মথদা খুরাই লৈকাইগী লাইচ পাংব লমদগী চুবি নরোং ফংওরকখি। মথোয় অমি থোংক্লকপে হয়না রাকংলরে। নিংথৌনা গুরু অথোইবা অনিবু উম্নহুনা পুক্লিং চঙহনা ঞনি নাবেং অনিমদা নিংথৌ য়াথং পোক্ত কালকই

---

মণিপুরদ কয়ব মতমদগী ব্রহ্ম বিষ্ণু, মহেশ্বর (মস্তাং, লুবাং, থুমন) নিংখিব থক্তৈবৈ। নাউথিংথোং খুঃ দঃ ৬৫৩ দা পানখি।

(১) নিংথৌ ইরেংব পাম্বদ চহি তরেং নিংথৌ পানখিদে। মতম অহুমা মৈতৈগী গুরু তরেংপু মমুং অমা ওইব লাঙোল লোথন অমদি লুখোই পোক্লকখি।

সনাথোঙ্ ময়াংদ থম্‌লও। হে নিংথৌ য়াইফবা, মংগী লৈপাক্ য়াইফনববু হাঙৈয়ম্‌গে, কুম্ লোইরকপা খুদিংদা নপুথৌ পাখংবাবু সায়ব কাংথক্কু য়োম ভেংও, আতায় ঈড়াংলো, হৈক্রু হিতোং ও। থাংনিং মিকোল্লো, মাহাল্ চীখৈ পোটরৈতোন্না লৈমুংদগী পুথোলকপা মানপি-হৈরোম কাও চীংথংসন লাইমানবাবু ময়োংপা ভয়া কংলৈশা ঈ-টানা য়োঙ্গ-য়োক্‌ও, মায়কৈ ভাকপা উমং লাই ৯ মকপুস্তুং ঈড়াং থৌনিও। অস্তম তৌরবগা লৈপাক মায়া চেৎনা য়াইফা— মুঙাইংদবানে। অস্ত্রম্ থঙ্‌লও। নায়োংনস্তু হাঙৈরকই, 'হে নিংথৌ অপানবা! ঐগী ইফমদি (২) লৈশাংহিথেন মাপালদনে, তৌবাস্তুং য়ারম অমাহম্ হাঙৈগে, লৈপাক য়াইকময নপুথৌ পাখংবাবু কাস্তগনো, লাইগী মিংথৌ অথোইবাও, নিংথৌ লৈমা পুমশিনব য়ারম হাঙৈগে, কুম ওইরকপা খুদিংদা হৈপোক্ত হৈ-শীং-খুভেং পুনা হৈরুক চল্লগা, ভাউজিং হৈ চানৌ, নপুথৌ পাখংবাবু থৌনিব-ঈড়াংকদব মকমদি অপোং ইংথোলদানে *।

---

মিংকোনবাবু ভপঃ তৌবাস্থ কৌনৈ অহুগা লাই থাঙ্‌ব কয়া নিংছুনা মিং কোন্‌ব অমদি শকপাবু থঙ্‌নৈ।

(২) লৈশাংহিথেঙ্গি লাংথবানগী মনাক্তা লৈরিবা ক্যামকৈগী পন্নিগী থোংজুলগী মাইল নথাময়ুক চৎলগা নোংপোকথংবা পন্নিদনে।

* নিংথৌকাংবাসি পণ্ডিতশিংনা হায়নবদি হৌজিক্কী থাইমন্নগী গাস্থি এভিমিউলা পানথি, নোংপোক ইংথোল হায়বদি হৌজিক্কী আসাম রাইফল লৈরিবসিগী তুমেনগী নোংপোক চিংনাং থোংনাং হৌরমই, মীনা মায়' লুনা তৌনৈ মকমদিদা চীনগী লৈপাক কোয়বা অমমুং লাক্তুনা মতম থম্ব লৈথি। সাঙ্গপানি অসিমু মায়া মণ্ডণ লৈবা মুণিনি

পাখংবগী ঈরাংবম্লে, লাইকম অহুদা থাঙ্গনা হরি খুন্নুং চুপ্তা সঙ্গপানি য়াতাফম্লে লাইকম অহুদা নিংথৌ কাংবনা যণয়াই লৈমাগী মথোম শুমহুনা টাইবংপানগী থরায় ওইরিব লৈথিবকপু য়োক্লমবা, হিংনা চাবা পোংলম মারম ১০৮ শুনা থ বিরমক অম্লুম খঙ্ও।

লাইফম অমম্লু হায়গে লাইখুৎরেগী য়াথোকৃফমদি ভেমকৈ খাদানে। অস্মুয়া তাক্লবদ জুমিনা হাঙ্গরকই, হে মি থৌ অপানবও! ইবিঙাবু মোংশাংনা খঙ্গিয়গনো। মিংথৌনা লাই অনিমকপু মথোয়গী য়াথং মতুংইন্না হুমিবু নিংথেমগী সনাথোঙ মমাংদ নূংপাক্লা নম্না থম্লে। নারোংপুদি লৈশাং হিথেম মাপালদা নূংপাক্লা মলহুনা থম্লগা নিংথৌগা গুরুগা অনিমকম্লু লৈপাক্কী য়াইফমবা লাই অনিমক্লা হাঙ্গরম্ব য়াথং মতুংইন্না মপুথৌ পাখং-বাবু সগাইপল্লি কাংথক্ত মেরং-দা মেন তোংহল্লে। লাইসনা লৌরি কোমশাং ইন্না থুনতাহল্লে, হৈপোক্ত নিংথেমনুবী মাপমদং থাহনা হৈরুক থুদেং পুহনা থিলহল্লুরগা নিংথৌ লৈমা য়াওদবগী লাইনা শাউহনা, হয়েং তুংদ য়াচুমস্মুনো হাঙ্গহনা মাহাক্কী হকশাংদি নূংগী মসক ওইনা লৈহোরে। থরায়দি কৌক্রদা লাই ওইখি ।

---

হাযবৈ। যণয়াই লৈমাবু কামধেহুম কৌবৈ। অহুনদি কামধেনু থম্লম মুনিদি বশিষ্ঠ ওইবম যাই, কাংব নিংথৌমা মংথাম শুমহুনা চাখি হাযবসি পৃথিবী মথক্ত লৌ-উব হোদোকখিব ওইবম যাই।

নিংথৌ ইরেংব হাকুতক্তা লাঙ্গোন লোথোকখা মীগী মপুক্ত চঙ্‌হনা ফাওরক্লবদ মৈতৈ লৈপাক সেম্বিবগা ছুমি মায়োং অনিমাবু ফাহনা লৈপাক য়াইফহৌরবগী য়ারমদি অস্থুম থম্লগে।

নিংথৌ ইরেংবগী মতুংদা লোইয়াম্বনা (১) পানখি: মথ দ লোইতোংব, মথংদ অতোম্‌ য়োইরেম্ব; মথ দ ইরাম্বাবা, মথং থরাম্বাবা মথংদ চৌংথং লাম্বাব, মথং (২) পুরাণঠাব, মথং খুংথেম্ব, মথংদ য়োইরেম্ব. মথংদ থ বি লাম্বাব. মথংদ (৩) কোংয়ানবা তেলহৈব. (৪) তোনাবা. ভবুংব, লোইলেমবা পুনশিব. নিংথৌ

---

নিংথৌ ইরেংবগী হাক্তক্তা গৌরিবাসিদগী লৈশাং হিথেনগী মাপাদা মীনা থী লাই য়ুংহান তৌনদে। মেয়াদ মেন তোংবাসে মতুংদগী চৎনখি। ভগবান্‌ পাথংবদি জগৎকী মবুঙোনে লিন নত্তে. লিন কৌবা নিংথৌনা হৌতোকপ ধর্মনে।

(১) লোইয়াম্বনা সাগৈগী মতৌ থাদোকখি মাং লোইয়ুম "শিল্‌লেন" কৌবা লাইখাক নৈ। লোইয়ুম্বনা লাংথবাদ্দা লাং থাক্তুনা লাই ফারগা মী ওলহনখি। লাই হাপবসে ধর্ম্ম চত্তবা মী অাদিব সী ওইগদব নে।

(২) পুরাণঠাব — ঠাবগী অর্থ কেংহৌতোকপনে। পুরাণ ইবা হৌখিবানে।

(৩) কোংয়ানব নিংথৌগী হাকতক্তা থবা থোইবগী মৈরেং লকপা হৌখি।

(৪) তোনাব হাকতক্তা সংস্কৃতগী মৈতৈলোন্দ য়ায়দ উপগত পুরাণ মৈতৈলোন্দ হন্তোকখি। মণিপুরদ চহি মঙা পাল্লগা ভংথেন ত্রিপুরাদা পানখিবগী বা ফংই।

খোঙ্. কিয়াঙ কোইরেঙ লমকিয়াঙ (৫) নোংইনকাব কবোঙ্. তাংজাঙ চানঙ্. (৬) মুংয়াঙ্, থাগেঙ মখং মখ' মিংথৌ ওইনা পানখি।

থাগেঙ হকথক্ত লাইগুরু অঙম্বক্না মীগী মপোক ওইনা পোক্রব লাংকোন লুখোই য়ুম্লাম তোনাব অঙগা নাইদেম তেমব। গুরু অঙম্বক্না মিংথেমদ হাঙ্গৈএ "হে লাইমিংথৌ! নিংথৌনা হংবা য়ারম খোইনা লুবা য়ারমসিবু মিংথৌ পুক্রিং ফরাওনা তাবিও। হৌজিক্কি খোইয়ুম লাই অচেংপা তিংখৌ লাই-থোংদ থংবা হাঙ্গিরক্কে। মৈহান্দ্রবা ভুংশা শোর পোকই নিংশানা মিংকুপ, মিংকুপশা পুং, পুংনা য়ুমক, য়ুমক্না নোংমা পোকই। নোংমা ৩০ না থা অমা, থা ত্রয়ামিথোইনা চহি অমা কৌই। *

---

(৫) নোংইনকাব মিংথৌনা উচেক নোংইন কাখি। উচেকসি য়াম পিক্ই মখোল হোই; বাঙলা লেংক পাতাপক্কি কৌবৈ। উপালগী মনাঙ্গম মচু তঙ্গনা ওলই।

(৬) অহাং চীনদেশগী মীসি মী চারমই। মখোয়না করিঙ্খম মীগী হকথাংবু চাক হোটেলদা থোংহনা পীবৈ। মুংয়াংবগী মতমদা মফমজুবগী মী অমা লাকখি—মুংয়াংবনা হাংখি।

* মথক্ত পনবে, লাংগোন লোখোয়া হনি নাবং কাখি, পাঙুব গুরু মাইথীব পিখি অদুবু লাংগোন লোখোন অদুনা লাংগোন লুখোই ওইনা পোকখি। তোনাব তেমব অহুমক মচাং দুবাং থুমন (ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বর) গী শাওনবে হায়বৈ। মতাংসিদ হুমিং—থাগী, পুং

হৌজিক্কি থা ১২গী মযুং মখৈ থঙ্‌মব হাঙৈগে :— হিয়াঙৈ, পোইন্নু, বাকচৌং, ফাইরেল, লমতা থাঙ্গিংসি নযুংনে, মখোয়দি লাবানে।

শচীভু, কালেন, ইঙা, ইঙেন, থাবান, মংঙানা মখৈনে অমোমনে।

মেরা লাংপন অনিমক্কি লাবা অমোম সকপানে।

মুঙ্গিত্তি মো-মাইচৌংদি মযুং মখৈ অনিমক ওই। ২।৪।৬। নিংথৌকাব, য়ুমশকৈশ, ইরাটনি, অমোমনে। ৩।৫।৭। লৈপাকপোকপা, সগোলশেন, থাংজমা মযুংনে, লাবানে।

লাংবন থাদি উীম্মোঙ্‌নে, মেরা থাদি লাইথোঙ্‌নে, ইঙেন থানি লাল্লুপনে, বাকচৌ না খুমতিনে, মোংমাইচৌংদ লাইফমে।

হৌচিক্কি সাকৈ নিপান্না অহিং নোংথিন পূং চঙ্‌লকপা হাঙৈগে :—

(১) য়াচঙ্‌বদগী পুং ৮ ফাও থাব-ঙানবা পুং ৮ দগী নোংয়াইফাও লুবাং, নোংয়াইদগী য়ুথক" পুং ৮ খুমন্না য়ুথক পুং ৮ দগী নোঙানব ফাও হাওরোক কোম্বোনা চংলে সাথৈ ৪ অসিনা অহিং চংপা লেংলুপ্নে। ঙাম্বোঙ্‌ মযুং কুইত্র।

নোঙানবদগী অয়ুক য়ুথক টানবফাও মারাংলৈপাংনা চংলে, অয়ুক পুং ৮ দগী মুমিং য়ুংবা টান্না চংলে, মুমিং য়ুংবদগী পুং ৮ টানবা মোইরাংনা চংলে, পুং ৮ দগী য়াচঙ্‌ফাও নিংথৌচানা চংলে। *

---

ক্ষেপ মেয়বগী বাসে লাইপোক অসিনা হায়রবনে। থাগেবাসি দিল্লি মুসলমান নিংথৌ আওরঙ্গজেবনা শাবনা অহুবাইদা পানখি।

* পুংসি দণ্ড ওইগদমাকে, পুং ৬৪ না মোংনা শাবে।

মাকৈ মরিসিদ নুংখিল চংপানে। লেমখোং মকৈ কৌই, অম্মুম্না থঙ্ও।

## চার শুরি।

হৌচিক্তি চারি শুরিগী মা হায়গে:— লৈ ( লৈপাক ), নুংশিৎ, তাড়ং, ঈশিং, মৈ মংঙা অসিবু চারি কৌই। ১॥

মমিল, মকম, মহউ, মঙান নুংসাশোর, মাহাক তরুক অসিবু শুরোল কৌই (২)। অপোকপনা লিক্লামে, থরামমিচাক্তি মিমে অস্তুম থঙ্ও। চারি মংঙাদি থবায় মংঙানে শুরোন তরুক্তি মি তরুক্লে। খোনথাং কৌব নিংশাদি চারিনে, মাবা কৌব খোঞেন্দি শুরোম্নে। থবায় লানখিগদবা লমলৈদি চারিনে, লইগী তোলাই ওইগদবদি শুরোম্নে অস্তুম থঙও।

হে লিংথৌ মাইকবাও! মারম থুম্না থম্বু ঐখোয় অছম্না হাঞৈরবনে। খাগেম্বা হংখি "হে শুরু অছুম্বক লিংথৌ ঐগী অপায় হাঞৈলগে, লৈপাক্কী মথক নোংখোগী মখাসিদ মীওইনা পোক্লবা ইখোয়দি শিগনে হাঞৈবদি মরেএ, মরম অসিবুদমক মহৈ-মশিং, লাইনিং কর্ম, লমচং কায়দামা থায়ায় লানখিগদগে,

---

( ১ ) সংস্কৃত লোন্দ :— ক্ষিতি মরুদ্, ব্যোম, অব্, তেজ হায়না থঙৈনে মাসিবু পঞ্চভুত কৌই। মৈতৈনা ভুত-পু চারি কৌনৈ।

শুরোনগী মাহাক অসি আত্মাবু থঙ্গৈনে। শুরোনসি পঞ্চতত্ত্ব হায়নৈ। মি=জীব অমগী মমিং মিহুল, ঈশিংদ মত্রগা মুংশদ উব মীগী মহুম মলং. থবায়মি অমদি আত্মাবুম থঙৈনে।

লাই কমাবু চেংনা পাইজগদবানো, মিংনা উবা লাইনা কদায়নো, অমস্বদা উদাবা নৈবা লাইস্থং লাইসক্‌ করম্বনো, কয়ম্না থঙ্‌সি-বানো বারম অসিবু থুপ্না লৈতনা হাঙ্গৈবিও।

গুরুনা অহুম্না হাঙ্গৈ "হে নিংথৌ! থাগেম্বও! বারম কোইনা লুবা অসিবু নিংথৌনা হংলক্লে হাঙ্গৈরুনা লৈকরোই (লৈথোক্লমা লৈরোই)। নিংথৌ মাথং ইন্না হাঙ্গৈরগে, পুক্লিং তপ্না তাবিও, কোম চুপ অসিদাদি মৈতৈগী লাইদি পাখংবাবু হেনবা অমা লৈতে। *

লাইতারেং—সোংপাক, কৌব্রু, থাংচাং মচিং, বাংব্রেন, শিগুমলাই, সোরারেন অহিবা, থম্না ব থোঙারেন, লৈপাক মোংথৌ, মুমিং, থাং, মৈ, ঈশিং, নুংশিং, থবানমিচাক, লাইনিংথৌ স্নাময়ী ছনি মারোং (রাহু কেতু) লাইরৈনা পাম্বোইবী য়ুমজাওলৈনা কলিকা লাই-হন্নুবা অসনচংবদি ১০৮ লৈ। লাই হন্নুবী ১০৮নে। লাই অয়াম্বসে থৌপুবা মপেম্নে অসি পুম্নক মপুথৌ পাখংবাগী মতাম, মখি মাসেক্লে। পাখংবাদি চুপ খুদিংদা মীস্থু ওই লাইস্থু ওই অস্থুম্না থঙ্ও। মপুরেন শিদবসিদি মরোল অহুম্নক্কী মপু লাইগী লাই অথোইব মাহাক্লে।

---

* পাখংব হায়রগা হৌজিক্তি মৈতৈ অয়াম্বনা জিন ওইনা হেক্ত থমে, অতিয়া কুক্ক শিদবা জীবগী মপা ওইনা থঙনবা (জগৎপিতা) পরম ব্রহ্মবু পাখংবা কৌই। মাহাক্তি মওং মতৌ থঙদব ভগবাননে, সংস্কৃত লোন্দ জগদীশ্বর, জগন্নাথ, শ্রীকৃষ্ণ, পরংব্রহ্ম অসিনচিংবা কৌরিবাদো পাখংবনে।

হৌজিক্তি এংহুনস্থু উয়ে, খিংহুনস্থু মশক্ টানা থংব ঙমদ্রে, মনিলদি মতাৱিএ। বারমসিদি থবায় অয়াম্বনা খঙ্বা ঙমহৌবানে। হে নিংথৌ খাগেম্বাও! পূক্নিং চঙ্না তাও মপু কৌবা লাইদি মাহাক অসিমে। হৌচিক্তি, লাই অসিনা য়াবা লাইনিং লমচৎ খঙ্নবা হায়গে।

## পাথংবা লাইনিং (১)

লাইনিংসিবু পাথংবা লাইনিং কৌই। পাথংব লাইনিং হায়বদি:— থবায় খঙ্বা, মহাক্কী হকশাংবু উবা ঙম্, অমন্দ ঈকাইব খঙ্ব; চাক-চা তৌথিব, য়াহিপ মতাং খঙ্ব, ময়ুম-শেংব. মথন্না ঙাক্লিব. মনিল নাইত্রব, মিংকুপ অমতং থাদোক-ত্রবা থবায় হকশাং আনিমকপু পান্থুবা নাইত্রব. মপা খঙ্বা, লাই-গুরু য়াথংবু নৈদা টাহন্দ্রবা লমচৎ খঙ্বা, ঐনা ঐনা চৎপা লমচৎ থবায় ওইরিবা থৌবক্না য়াবিবা, অসিনচিংব অসিবু মপুথৌ পাথংবানা হায়রাওয়ে।

হে নিংথৌ খাকেম্বাও! থোয়ুম লাইগী বা কৌবদি নৈ। মরমচৎ মবোনসিদে থবায় পানব কনাগুম্বনা চৎপা ঙমদে. মহৈ মতৌক্ করম্বন ফংন্দবনো মীয়োন, লমাং অসিবু কনাগুম্ব মীনা

(১) থবায় খঙ্ব=আত্মাজ্ঞান, মসাবু উব ঙম=বাথয়া মসা উজব; অমন্দ ঈকাইব খঙ্ব=মী উত্রে হায়দুনা অয়ানবা কঙ্বা তৌদব, মনিল নাইত্রবা=মৌণী. মপা খঙ্ব=পিতৃ পূজা, ঈশ্বরবু মপানি খনব. লাই-গুরু-য়াথং নৈ-দা টাহন্দবা=গুরু য়াথং হৈনবা।

কৌরাইরেন্দা চামুন্ লৈরবনা শুরু হঙ্গেরবস্তু মথুমরে। অতুংদা শনচী শিরংগা পংলেম কৌবাস্তুং মথুমএ।

লাই অনিমক্তা থরায়-মি ওইরি। 'য়ু-পুংসন অরেম্পা" কৌবদি অতিয়াদগী খাইথখিবনা মৈ থানাস-মি ওইরিয়ে। অতুগা মপাদা থুংলরে, মপাদগী মপাদা থ'বরক্লে। থরায়-কৌবদি লিক্লা মতুমকুম্বানে (১)।

থাওয়ায়বু মসকু খঙ্গে হাঙ্গেরবদি থা অঙ্গম শুবা অঙাংগী মিংয়েং টঙ্গা য়েংও, অতুদা মসক্ অফব চোখংলকদনে। মাহাক্কী মওংদি থাবি-মযুম মশক্ মথোঙ্ পান্দবগী মওংনে। লাইসদি তাইবংপান হৈবিক্কী থরায় ওইখিবনে কাইরৈমা-খুন্-খুংনাতাবীনা মিংলেন শিদব'বু ওইখিএ, মাহাক্কী মওঙ্গা লাইকাদা ওইরিবনে। মাক'ক্লু অপাম্বা, মুংশিব মতু মচ্ছা, পামু-মুংশি মসক ওইরিবা হৈবিকপু ওম্না ওম্না খোকহনবানে। লাইসিগী মকখদি লাইপক শন লাই মরুম্গুম্বা অতুদ ম। মফম অতুদ মসক অতুবু য়েংব হৈও। মতম করিগুম্ব থোরম অচৌনব থোক্লবাস্তু লান্ চঙ্গে হাঙ্গেবস্তু কোঙ্গনা য়েংও. মসক অতুবু উরবদি হৈএ য়েংবদা উফব. মিংয়েং ফত্তবদি. লৈথোক্ও. লান্দবক্ক' চঙ্গম্লু শিপদবানে। ফনা উরবদি য়াইকাব হাঙ্গেবসেনে খঙ্ও।

---

থুংনা টাবী" হাঙ্গেবদি পৃথিবী শিনথুংনা লৈবী দুর্গা দেবীনে। থুনথী অর্থ দেশ হাঙ্গেবনে। (ক) থরায়-মি = আত্মা, মাইথি।

(১) লিক্লা মতুমকুম = অ চি (seaman)। থবি-মযুমবু বাঙ্গলা লোন্দা "মত্তা" কৌই। কাম্ব কায়্. অশাব।

ইম্রিনা লাইমে। বাকম অমস্তু ঐহাক্কী লাইদি ইপাবে, ইপাবু ইপাং কৌই। ইমা কৌবদি ঈবু থাঃ তারঃ ফানা থমই হায়বগী ঈমাং অমদি ইমা কৌই। অসিগীদমক ইপাবু লাই হায়রিবনে। লাই অনি মাগী মনিং হাইগে লৈমরেনদি (ক) লৈমাম্ব কৌই, লৈয়োন্ নুবী কৌই।” মমিং অসিদি মুপীশিংমা লইরাং (খোংকাপ কায়রবদা ঈশিংদা শোন্দুনা পীথকও, লেপ্পা ফবনে।

(১) লাইমিংথৌগী মমিংদি সুমিং তরেংব কৌই, মিংলেনদি মেরু কৌই, য়ুমগী শুম্রংখাদা ফম্লগা সংকুরেন কৌই। হে লাইমিংথৌ মাহাক্কদি সংকুম্রমলেমে মমা মারেন্ খোংথৈ অঙাংবা নমিংনা মারালীক মচুকুম্বাও, নতে-ননাও অনিমক অমতা ওইনা তিন্নরগা সংকু মারমলেম্ কৌই।”

মথক্কী মিংলেন অসিদি মিপানা লিক্লা ময়েং টারবদা শোমো।

(১। মতাংসে নিপানা (importance)” ওইবদ ঈশিংদা শোন্নগা থকপদা য়াম্না কান্নে।)

হৌজিক্কি লৈপাক তাক্লিবী লাইরৈমাগী মিং হাঈগে:— ‘চৌংশাং লাইরৈমাগী মমিংদি ওমপিরেন্নু কৌই, ফুনিং ছকনিং মেমপী কৌই, লৈগ্নংথুম্পী কৌই। নমিং অমদি পোকপী তোংসন্নু কৌই। থাংদা

(ক) ইমাদগী খোক্লকপা লৈরিক অহুবু ইংরেজীদা ওভম (ovum) কৌই। লৈ (flower) শাংপদা খোরকপদগী লাকপনি হায়বদগী ওভমবু লৈমাম্বু অমদি ‘লৈয়োন্‌বী’ কৌই। মস্রদি ঈশিংদ শোন্দুনা মুপীদা পিথক্লবদি খোংকাপ কায়দে, লেপ্পাফবানে।

পুরিবৈদা থুপ্পী লাসাংনু কৌই, মিংলেন্দি ইকুংপী কৌই। খাংদা লৈরিবৈদি থুপ্পী সংতরেং কৌই। নুংকোইবী লৈমারেনগী মিংদি চিক্পী লৈখোম্বী কৌই। যুমচাও লৈমাগী মমিংদি চাখা লৈরিং হুনপী কৌই সিমারেংপী কৌই। থোঙাক লৈমারেমগী মমিংদি কোংতিং মুকা কৌই। খোঙাকলেন্দ ঙাক্ৰৈগী মমিংদি কাংঙোই-মু কৌই। লম্ মাপী লৈমারেন্দি লাইমু চোংপী কৌ। মমিং অমদি পোকপি সম্ভাংমু কৌই, অমদি চিন্মু সারাপী কৌই, লৈমারেন লাইমু-চোংপীমু কৌই।

মাওরৈপীকী মমিংদি লৈয়ামুলেনপী কৌই। লাইরৈমাশিংগী মিংলেম অসিনা খারোমবগী লৈরাং লোয়ে। লৈপাক্কী কুম-খা কমবা ঈভাংনবানে।

বারম অমগা হাঙ্গৈগে. হে মিংথৌ. হে মিংথৌ খাগেম্বাও! পোক্লবাদি শিগদবানে হাঙ্গৈবাবু খঙ্বা লৈরে. বারমসিগীমমক ঐখোয় মীওইবনা শিগদবা মতম খঙ্নবা হাঙ্গৈরম্গে। হকশাং কল্লিবৈদা খঙ্গদবানে। করম খঙ্সিব হাঙ্গৈরবদি খঙ্নবা হাঙ্গৈগে।

গুরুনা তাকপিবা "হরস" অহুমসিবু ওন্না ওন্না শান্নরগা আশাইগী মশক অহু উগদবনে, মশক অহুনা মীওইবগী শিগদব শিরোইদবাবু লেপ্পা উগদবনে: মশক অহুবু বারব মতমদা পুক্লিং থাদানা য়েংগদবনে. অসুম্ম য়েংলবদি লাই অহুনা শিরোই হাঙ্গৈবস্ম শিগনি হাঙ্গৈবস্ম মুথিং মশাং লাক্লা খঙ্নব অসি

হয়েংমে হ.ঈদুনা তাক্পিগমে। মাই অহুদি ঐগী থবায়নে থাবাকবু মাত্তিঙাদা পুখোক্তুনা বাংনা মখোয়মে। য়েংগদবনে, অসুম্না য়েংলগা গুরু হংস বাঙ্গনা কৌব থবায়বু উপনে। উরগা তত্তনা মিংকৌ। অসিবু থঙ্লবদি হয়েংগী বাইওং মতম হায়বা ঙমগানে। হে মিখৌ অথোইবাও! রাজমসিদি কিয়ান্-লিনকু হাঙ্গবদি সিনে থঙ্ও।

রাজম অমস্থু হাঙ্গগে লৈশু-ঙানবা খোংঙাই তেক্কবানা ময়ু-রা চীখোঙ্ পোইরৈতোন্দ হাঙ্গবিরমএ। "হে ইউ রাও! নংনা চান্নবস্থু অয়াম্বগী করিগী পুক্কি: রাজিবমো, অরেম্বামে হে ইউ-রাও; পোক্লগা শি ও, শিরগা পোকও হ ঈনা মোং তমলিব মাই লৈ"। রাজমসিগী গুরু মাই থাগমো। নংগী হকশাং অকোংবদি লোইরেন খুম্বীরোক্ক লৈকুসং শাতম্না নহাক্কী ফম্বা ওইও। লোইরেন ফিরান-য়াইদা গুরুবু উন্নদুনা মেন্জাং ফম্বান সেম্ব ফম্হল্লো, ফম্হল্লগা শম্পূরেং লোনয়াম্বা লৈমুতোম-পোন. লাংবৈ পুংলেনচিন্না ফমহন্দুনা লৈরবগা নংগী পুক্কিংনা নুমিংখুমিং থোগলপদবামে।

নুংখিলদা লোইরেন সনাপুংদ ফম্বী ওইনা লিংউ, অদুগা তিনশিন্ফম মরেম্ব নিংশগদবা ফম্বীদি আবাং মোংপি চীং নামঙ্বদ তিনশিল্লো * অম্বুম্না তৌও। য়পোক হাকথক্তা

* তিনশিনল্লো = যোগ সাধনা তৌও। পারি স্তেনাশিনবা নমোম হনজিনবা = মচা নিপা হুপী ইচা-চাউরে থন্দুনা ঈকাইউ, নমোম পোয়কপা উরগা কোযগে ইকাহু হনজিল্লো।

গুরু লাইবু থোইনা থাবায় লায়নব অমা লৈতে। হি ওইনা তোংহনগদবা অসু গুরু মফাকুনে, ঐগী হোন্নাগদবা নোদি গুরুনা তাকপিব মিংথৈবে। হে ইউবাও হাঙ্গৈবসি থঙ ও। অসিবু নুমিৎ থুদিং তম্বনা নিংজরবগা (১) পারি তেনশিনব, নমোয় হন্নশিন্-বাবু গুরুনা বারম্ কাওনা উন্নব লেপ্পা তাকপিগদনে।

বারম অমস্তু হাঙ্গৈপে, নুমিৎ চয়োল ৭ মকপু যাঙ্হন্দানা গুরুনু থৌগম্গদবনে।:—

নোংমাইচৌংদি— গুরুবু ফিরোইদি কোমলা মচু মত্রগা মাপু মচু থোলহন্নু, মায়কৈনা লাইচী পাংনা মাঙ্গৈ ওন্নো। নিংথৌ-কাবদা ফিরোই অচৌব থোলহন্ন্, মাইওন্দি মোংপোকনে। লৈপাকপোকপাদি— ফিরোই হিকোক মচুনে-মাঙ্গৈওন্দি, থা— চীথেকনে। য়ুমশকৈশাদি ফিরোই অশংবানে, মাঙ্গৈওন্দি মথা ওন্নো। শাগোলশেন্দি- ফিরোই অশংব, উরেংমচু অথকপনে, মায়কৈদি নোংচুপ্নে। ঈরাইদি— ফিরোইনা ঈশিং মচুগুম্ব নিংথৌনগী মঙাগুম্ব থোলহনবা, মাঙ্গৈওন্দি আবাং। থাংচা নুমিত্তি-ফিরোইনা চাংসং চাঙ্ব, মাঙ্গৈওন্দো সন্থোংনে।

হায়খিবসিবু পূক্নিংনা নিংশিংলগা লেপহল্লো, মায়কৈ নিপালমক্কী ময়ায়দা লৈবা আসাই হায়খিবা গুরু হংস কোবা

(১) মঙাল তরেংত্তি চুম্থাংগী মচুনে, মাহুমু ভগবান গুরু শিবগী কিজেং ওইনা থলবনে, মহারাজগী কোহুংদদি শ্রী৺গোবিন্দগী কিজোঙ্গ অহুম্না হোংনরমই।

অথোইবা লাইবু নীংশিংও মণ্ডাল ভরেংমক্লা কোঙ্গৈরিবানে। মণ্ডাল ভরেংমক কোবাদি আসাইশীসি মচু ভরেংনে। ভরেংমক অসিমা টাইবংপান্দা পুথোক্কনা মচু ভরেংমক অসিনা টাইপংপান্দা পুথোক্লগা শাগে সালাই ভরেংমক কোনা চংন'র।

অসিদগী গুণ হায়রিবশু মাহাক্কে লাই অসিবু কাউদব তগে। হোরেন ভুমগে হায়রবদ লাইফম অথোইবদ নংহাকী মকশাং তাইশিন্নমা থম্লগা তুমও। চঙ্গদবা থোঙ্দি, লুরাই লেমক্নন লাইশঙ্দি মুক্তাপল্লি লাইসংনে। উয়ুংচুক মায়ুংমা কোনথাব, লাইরেন অঙোবমা থোঙ্ থিংকম লাইসং অহুদানে শঙ্ও।

হৌজিক্তি লাই অহুবু মিংজরিবৈঙেদা পুক্কিং লৌশিং চোইদানা লীকু (মালা) চংশনবা লাইগী মমিংদি 'হেরে' অসিমা লীক চংলো।

লীক্ মহাকপু লীকু লাইনে মশীং ১০৮ শুবানে। লীক্ মরু অমমম্ম লাই কোক্কে, লীক্ মরুগী মমুংদা লৈরিব লংগুং অহুমা "মাহাক্কে"। লীক্ লুংগী লীকশু মথক্ত লৈবা লংমা গুরুগী চুড়ানে, লীক ১০৮ অহুদি লাইরৈমা লাই মুঢ়া ১০৮ নে। মথক্তস্থ হাঙ্গৈথেু লেংলিব লংস্তুংদো লাই হয়িনে, হাঙ্গৈব থল্লো।

* মৈতৈ ইপা ইপুমা শাকৈ সালাই ভরেং লেমথি। মহুবংসম্ সালাই ভরেং লৈথি। কুটবোল খোংপাওবি, কাংচৈ থোঙ্কাংচৈ, শকোম কাংচৈ শান্নবদ মৈতৈনা মীচং অমমম্দ ৭। ৭ লৈহনাথি। মুক্তাপল্লি লাইশং—মিংকী অয়ুবা শরুক, লাইরেন অঙোব- মিংকী অঙোব শরুক। উয়ুংচুক - মীংকী পাঃনে।

য়ারমসিংগীদমক লৈক পায়রবদি অসি খৈবিকপু থঙ্‌গদবনে, অসি থঙলবদি মংনা লৈক পায়করোইএ, য়োন্‌গদব'নে। লৈক পায়গে হাঙ্গৈরবদি গুরুগী থুয়া নিংজো হাঙ্গৈবাদি অসিংগীদমক্কে। গুরুগী থুয়াদা নিংজরগা য়ারম অসি খৈবিকপু শুনা তাকৃপিগদবানে। লাইসক মওং অসি থঙনা লৈক পায়ঙরবদি পুক্নিং লৌশিং চোইরোইএ।

হৌজিক্তি লাইবু খিংগদবাবু থঙ্‌নবা হাঙ্গৈগে : নোংমাইজিং তাংমা চাকথেন ( ব্রত ) তৌগদবদি; মুখিৎ অহু নোংমাইজিংসু ওইরবা থাসু নোংমাপানবদি লাইগী মুখিৎ অশেংবনে লাইবু নিংও। থ শি ( অমাবস্যা ) অমদগী থাশি অমা য়োং, থানিল অমদগী থানিল অমা য়োঙ, নোংমা পানব অমদগী নোংমা পানব অমা য়োনা নিংগদবনে।

অয়ুক্তি সম্পূরেং চৌনলো নৈ-দি তিংথোনা নৈ ওইও লাইদি নোংপোক্নে। * মুখিৎ য়ুংবদা তাবুলনে নৈদি উরিকশিবিনে লাইদি খাংচৌংনে। মুখিৎ চৌংমা তম্বা মতমদ কিজেত্তি লোমলৈ-নে, কংকদবা নৈ-দি নোংনৈশংনে। লাইদি কৌক্রুনে। অহিং

(১) য়োনগদব'নে = য়্যোনগদবনে, লঙ্‌জবা ওইগদবানে। থানিল = পুর্ণিমা।

* নোংপোক্নে = মহাদেব, শঙ্করনে। খাংচৌংনে — চৌং থাঙ্কৎপ ( গিরীধারী ) টাইখং মকোয় লাইনে, কৌক্রু = কৌজনব মকুওইবা লাই। শোণ অমমুং লু দা নৈবা মপু — চিন্তামনি।

মোংয়াই য়োঁয়বদ থাবাম্মি ঌক নোংথৌ শিদবদ (ধ্রুবতারাদা) চঙ্দগবানে হকশাং পুয়মকপু কাংগ্রুলম-শানা লৈদি মমম সুংশিব-শিং, কিয়োই মশীংশুমা কংহলনা থৌখল্ খল্লো। লাইমিংদি থোপ্ লুয়েং পৌই। লাইকমসিদি হৌজিক্কা সেম্লগা রাখম্না ঊনা থমগদবনে। হয়েং মতমদা মফম য়ৌনবা কন্না টাম্গদবনে। অংসাই মথক্ত হায়খিবা মুক্তাপশি লাইশং হৌজিক পাম্লিবগী (হিংলিবগী) রামে অম্নুমা থঙ্ও।

থবাম্মিচাক মিংথৌশিদবদসু (ধ্রুবতারা) শজিক্কা চিং-থোকুশক্লে; থাংবানা পুথোকুলক্তুনা থাংদা পীরে; থাংদা চঙ্লবগা মমিং থুম্মিশংমু কৌই। থাংদগী নুমিত্ত' থুংলরবগা মমিং কে-তানো কৌই, নুমিত্তগী ঈশিংদ থুংলরকপা মমিংদি 'হয়ুং' কৌএ লৈদা চঙ্লবগা হায়ুং হো কৌই, নুশিত্ত'-চঙ্লগা 'হোস' কৌই নুংশিত্তগী পস্থোদা থুংলে মমিংদি মিমিহ কৌই। পস্থোদগী পলেমদা, চঙ্খে মমিং "হ-হয়ি—মাত্তসং" কৌই।

পলেমদগী টাইবংপাম্ ফাওরে। মমিং "হয়ি-হাকিহে" কৌই অহুগা শুক্র তান্না চঙ্জরে মমিংদি 'মী মরু' কৌই। অম্নুমা থঙ্ও।

হে পোইবৈতোনও হাঙ্গিবাসিনে শুক্রগী থুমাবু ফংজরবদি লাইবু নিংবা হৌজিলকলে, শুক্র ফংরবদি লাই নিংই হাঙ্গফত্রি। লাই মকোক্ থঙ্ত্রি লাইবু নিংগে হাঙ্গরবদি থাবাম ছাক্পনা ক্রোনা মীওন্ রাংবানা সাম্না কল্লোও। লাই নিংব কৌবদি

সাকোক লম্‌লেম্নে। সাকোক্ লম্‌লেম কৌবাদি থাবায় খঙ্‌বা শেরা লম্লেম্ মরু খঙ্‌বা, রারম অনিসিমা ওইরে।

মীওইব! পোক্লবাদি পোক্লপা শিও শিরপা অমুক পোকউ মপারি তেশিল্লো। * অমুক থাঙ্‌থুম্ হা ও. নুংশাং থ'ঙ্‌থুব চেংলো। থাঙ্‌লেম মথুম হাংগম্, নুংশিং চরু ত উরবদি যত্তে অস্নুম্ন খঙ্‌ও।

হে পোইরৈতোন্! হাইরিবাসিমে ভান্ব থাইকব খে''ঙ'ই তেম্বাকবানা পোইরৈ তাবনু (শিষ্যবু) গুরু মাইবা লাই নিংবা রারমসিবু অস্নুম্ন হাঙ্গবিরমই। রারমসিদি ইউ-ব-চি খোঙ্ পোইরৈতোম্না কোন্না লৌহোবানে। হে নিংথৌ অথোইবও! ইপারি ইপুঙ্গি অহানব সকোক লম্নেন নত্রগা সকক্ লম্নেম অহানবাসিনে।

টাইপংপান্দা মীওইবনা পেক্লবদি মপা, গুরুদা চঙ্‌জনুবা মপাগী মপুগী লাইনিং অহানবাবু থাজগদবানে। গুরুবু থোইবা লাই অমা লৈতে, গুরুনা পম্বোনে, থাবায়-মিনে, ঐগী লাম্নবা হিমে অস্নুম্না খঙ্‌ও।

ইখোম অহম্না সকোক্ লম্লেম্ অহানব চক্‌পালোন্ থাহই-বাবু পম্বো বানে, ইপু বানে হাঙ্গবগী হাঙ্গরম্নবনে হায়! হরি।

---

* সাকোক লম্লেনগী অর্থ—সাঃ (শা) ওইথ পুক্রিং কোকবা অথোইব নিথোম নত্রগা লম্বি শ্রেষ্ঠ মার্গ হাঙ্গবনে, অহানব (মুক্তি) ফংনব অথোইব লম্বি হাঙ্গবনে। নচামুপা উরপা তেশিল, হায়বদি নচা চাউরে থন্দুনা মুপী শামগনো নমোম উরগা হনজিল্লো হায়বদি নমুমদা লৈতুনা অটব মুপীদো ইচানি খল্লো।

মতাং গুরু শিদবানা মিংথৌ নাউথিংখোংদা হাঙ্গখি :— তাঁও হে নিংথৌ ! গুরু ঐখোয় অদুমগী মিংথৈ হাঙ্গগে—মাহুদি মিংসারি, মিংসখা, মীমরু কৌই।

মথক্তা ইরিবাসি পণ্ডিত অচৌবা শ্রীঙারিয়ামবম কুলচন্দ্রনা ইং ১৯৫১ গী লংবন থাদা পীবিবদগী ঐনা শিন্তোকই। মেরা থাগী নিংতৃ ১৩ পানবা ইং ২৪/১০/৫৪ দা শিন্তোকপা লোইখি।

## নিংচিট

লাইরিক অতৈদগী লৌথোকপদি মথাগী সিনে। মৈতৈলোনগী থরানিমিচক নক্ষত্র ২৭ কী মমিংদি :-

১। শজিক অহানব ২। থাবা য়াইখংচেম ৩। থরায় ৪। থাতোম্ ৫। সঙ্গু'লন, ৬। লিকখরেং ৭। চুংসোন্‌মু ৮। মোংচৌকা ৯। নোংথৌ তুরেন ১০। নোংথৌশায়রেং ১১। শামু পিশাতাও ১২। উকোংঙ, ১৩। অরাই-শাংব ১৪। মু কায়েং ১৫। নান্‌ব-শাংকোন। ১৬। তাউঙ্গইরেং ১৭। তোচেংমুপী ১৮। তৌরেং ১৯। পুরুকপি ২০। খোং-চোমনুপী ২১। নগাংসাবি ২২। হাঙকরেং ২৩। খাবা ২৪। লাইতাং ২৫। সিনব ২৬। সিত্রেং ২৭। তাউপুরেং।

থরমাইদ চংনরম্ব থাংগী মীমং শিং :—১। লোইদাম ২। থাচারেং ৩। থা-নুংশি ৪। থায়াইরেং ৫। থাকৌতোম ৬। কুপয়া ৭। কুপত্রেং ৮। থামৌচেং ৯। ইমুংয়াই ১০। য়োইত্রেং ১১। তারেং লৈখবা য়োইপুতোম।

হৌজিকী মমিং ১। শচিমু ২। কালেন ৩। ইঙা ৪। ইঙেন ৫। থাবান ৬। লাংপন। ৭ মেরা ৮। হিয়াংকৈ ৯। পোইনু ১০। বাকচিং ১১। কৈরেণ ১২। লমতা।

লৈরোন ৭কী মমিং। ১। পোংলৈকোন ২। খমুংকোন ৩। ৪। কোরৌকোন লৈনুংকোন ৫। মালৈকোন ৬। মালংকোন ৭। লৈথাকোন।

নোংলোন ( আতিয়া ) ১। আরাং কোন। ২ অশি কোন ৩। লাই-যি কোন ৪। কোরৌ ৫। লাংব কোন ৬। নুং নাং কোন ৭। অময় কোন।

## খোঁকারণ

গুরু লৈমারেন শিদবী ২মকপু তাংজ লুদা খোংনা খো কারণগী বা ইজগে। চৌংগা মানগা ২ মকপু লৈমারেনগী খোং-জিন্নে অচুনা হৌরি ওইরে। চৌং কৌবদি নুপীগী সেংতোরে মান কৌবনা নিপাগী তিতোরে।

## নোংলোন ( আতিয়া মরোন )

১। আরাং কোন ২। অশি কোন ৩। লাই-যি কোন্
৪। কোরৌ কোন ৫। লাংবন কোন ৬। নুংমা কোন
৭। অময় কোন।

লৈমারেনগী খোঁসংদা চঙলে, লাংএন ৯ পালে :— ১দি খা খোঁ, মরোংখোঁ লাইখোঁ অসিনে। লাংএন ১দি মেনখোং, তানখোং থাইবেম। লংংয়েন ১দি থাবানমিচাক সিংখোঁশিদব, সোরাইনে। মাপালংক্কা মোংছম্ সংদ চংখ্রে, নুমিংকা থাংগা

২মকপু পুশিনখে, চাখাপাদা থোক্লক্লে. মোংবাহন্দ চঙ্খে, হয়িং খোঁবান্দ ফাওরক্লে, শিশুমদা চঙ্খে, রাইশেন্দা কাএরে রাই-শেন্দগী মারোংপুংদ চঙ্ক্লে মারোং পুংদগী উতারাপাত্তা কাএরে। উতারা পাত্তগী ফুবালাদা, কতাকতাদ কাএরে কক্কদগী কোক-চাই, কোকচাইদগী লাইচৌংদ লাইচৌংদগী লাইকোন্দ, লাইকোন্দগী লৈতাংদ লৈতাংদগী নাউতুখোঁদা, নাউতুখোঁদগী লাই-কোনপুংদ লৈমারেনগা নুমিংকা, থংগা. অহুমক্না কোয়মরমই। পুরোই লৈকোয় মথোয়রাং কেল্লে অহুমদগী লৈকোয়পুং কৌই।

লৈকোয়পুংদগী তাকুমুদ, তাকুমুদগী থেংকু কোমদ মহুদগী কৈশুমদ, মাহুদগী সনয়াইনুপী পোকই। সনয়াইনুপীনা থানা চাউদা চঙ্লে। থানা চাউবনা ঐগী সন্নে হায়রে। লাই ২মক্না নুষরে লৈম রেম্না রাচুমবিরে, থাংচৌংগী সন্নি হায়রে। অহুনা সনয়াই নুপীদি থাংচৌং ভান্না চংখে, থংচৌংগী সংকোন্দ শুম্লে। শুম্লগ মেন্তে লুপ্রাবী ওইরমলে। লৈমারেনগা মবিজানা থাংবু লীক ওইনা শিরে, শিরগা কপুইদা সনয়াই নুপীবু কৈ ওইনা পুম্লে। থানা চাউবানা শিনাইথোক পিরে। বারম ১ হায়গে মরোং খোঁ কৌবদি তাউজ্জইরেংনা লেংনা তাউথোক্লে তাউ জ্জইরে কৌই। উপনা তাউথোক্লে তাউরোইনাই কৌই। থাখোঁদি লৈমারেনগী মমিং ওজ্জদগী চেংথোকখি। থখোঁদগী থোকপদি মুমিং থোকপনে, মুমিংনা চেপ্পা তাউথোক্লে তাউরোই লাই কৌই। লোনা তাউথোক্লবদি তাউজ্জইরে কৌই।

থোঁ কারনা অসি অ'বগী হকশাংগী লৈবা ঈচেলগী চু থোঁ (Artery) নচিংবগী বাণ্ডুম্না তৌই।

## ঋতু ৬কী পাবা

১। গ্রীষ্ম = ওসাংথাং = লম্তাং = পাকরিংব থা

২। বর্ষা = নোং জুবা = থুমন = লৈশাত্ত'ও

৩। শরৎ = উ'লৈ য়াইটিরি = মেইরা = কোনসৌরেন

৪। শীতঋতু = নিংথম থা = কুপতৱং = অঙোম

৫। বসন্ত = মৈতিংলুববা থা = নোংন্থা = মি থোচা

৬। হেমন্ত = হেরা থা = থাবল-উংবা

মথক্কী পন্তুসি পণ্ডিত রাজ শ্রীঅতোমবাপু বিদ্যারত্নবা হৈবদগী চাংবা হৈ লৌখোকপনে। মৈতৈগী থা (লাইথাম) অমা মলমাস লৈবগী ম্না গুরুদেবসিগী পণবেদগী লাইমাই ২০৬তা পাবিও।

# মৈহৌরোণ

"ভগবান স্নামহীবু থুয়মজে।"

তাং ২১।৮।১৯৩৪ ইংদা শিস্তে ক্রম চিংশাংবম জীবেন্দ্রনা শিস্তেক্রম মৈহৌরোণ কৌবা লাইরিকসি ঐগাক্তা হৌজিক মতমগী বানান (শোনব) ইমা ইথোকচরি বানানবু অরীব মৈতৈলোন্দ লাইরিক মখেক শোনবা ইংরেজী Spelling (স্পেলিং) কৌই। শ্রীজীবেন্দ্রনা মখাগী অস্মুমা হৌরগা ইরমই:—

ঔঁ শ্রীরাধাকৃষ্ণ ভ্যাং নম:। শ্রীর মচম্মা থরইগী চ.ন ওইরিবা মণিপুরদা ওইরবা শ্রীমণিপুর (১) পুরন্দর শ্রীপঙ্কযুক্ত পরিবনিরাজ ম.থৌ মহারাজনা নিংথৌকেন্দ্রা ব.শাবলী (২) অক্রুর শ্রীমদ্রাধা গোবিন্দজীনা (৩) থরই ওইবা শ্রীপঙ্কযুক্ত চিংথংখোম্ব মহারাজনা অমুক হন্না পালব মতুংদা (৪) ম্লেচ্ছনা উজার ওইরম্বা নৈপাকসিবু (৫) শ্রীপঙ্কযুক্ত মপা ইবুঙো গম্ভীর সিংহ। চৌংজেম মোংদ্রেংখোম্বা কৈ হুন্না নৈপাক মেম্ব হৌরবদা মৈতৈ, (৬ মযাং, হাও অসি মখাদদি লাইনা থৌবা মরমদগী

---

(১) পুরন্দর = লোয়ারেল, ইন্দ্র.জ, সুরেন্দ্র (২) বংশাবলী = মৈহৌরোণ শাইগী পরেং (৩) মদ্রাধা গোবিন্দ = শ্রীমদ্ রাধা গোবিন্দ (৪) ম্লেচ্ছ মতুবা কাংবু, (৫) শ্রীপঙ্কযুক্ত = শ্রীমংজাহিনব (৬) মায়াং = মায়াংস্থ পক.নৈ, অমুগা মাংমু ভাংপুস্থ পক.নৈ।

অমম্তুং পিবা-মাউতা মাচাই মাচাই চোইশ্রহনা খঙ্‌ময়বদগী অমুক পাল্‌হনবগে হায়না মনা পুক্নিংদা খন্দুনা শ্রীগাঙ্কিপুর কোম্বুংদা (লাংথবান্দা) শকাব্দ ১৭৫৫গী ইঙ্গাখাগী ১৩মি পানব শগোল শেন্‌ মুমিত্তা বংশাবলী ইবা হৌরম্মই করিগুম্বা লায়নাদগী মোংতম্বা লোমনমদব ময়মদগী শ্রীমণিপুরেশ্বরী পুংলেন্‌খোম্বী (১) মমাসিদা ইবেম্মাগী ময়াম্বংগী বংশাবলী ইবা লোয়রো হায়দুনা মচা ইচো শ্রীযুক্ত মণিপুরেশ্বর শ্রীচন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ (লাইরেন দৈবিত্তি মাওচিংগেন লোংয়েনখোম্বা মহারাজনা শকাব্দ ১৭৯৪ চন্দ্রাব্দ ১০৪৩ মেরা থাগী সংক্রান্তি ২৬নি শুবা নিংথম্বাং ১০দি পানবা মোংমাইজিং নুমিৎ মুংথিল পু ৫ মতুংদা পুং ৬ কী মপুং থাদ্ভ মোপনা খোকপা মতমসদা বংশাবলী ইখংগা হৌখি। অঙাংগদি এবা হৌরকপসি কৈরেম থাগী ১০মি পানব মোংমাইচি' নুমিৎ মাহেন্দ্র যোগতা মুংথিল পুং ১ তাবদা রোহিনী নক্ষত্রনা পানবদা পুথা চেনবী লৈপাকী মমাগী অর্থদা লৈমারেন ওইরিবী কুমুদিনী মহারাণীবু থুরুমজগা ইখোকচরি। জীবাত্মা

---

পুংলেন্‌খোম্বীদি মিং অমদি লৈম্নাব কুমুদিনী মহারাণী, চৌংথাম্বখোম্বা লৈরমই। ইবেম্মাগি রাজনীতি নায়া হৈবী নি। অঙাং ওইরিবা মচাইচো পুহনা শ্রীহট্ট (শিলেট) তা চেনখি। শ্রীগোবিন্দ নরসিংহবু হাংনব নিদখি। শ্রীনরসিংহনা শিরবা মতাংদু পুহনা চেনখিবা তাক্কপদা কংলবা লমাংতোংগী চৌংথোন অমা থম্মুনা চেনখি চখিম্ব মচৈংজেং লানখিরে মাগি রাজনীতি হৈবী ২ তা। পুনমরে, মথংগী মৈহোৎপোৎ ইহনবসিদা রাণী অদি অমা (শিরা) ওইরমে।

(সনামহী) ইবুঙোনা কুবিন্নুবো। ইঙো মাহাক্তি অথোইব মহীনে হায়বদগী * সনামহী, অথোইবানে মহৈ হায়বগী সনামহী অমদি শ্রী বিষ্ণু কৌই। শ্রীবিষ্ণুদি অথোইব মহী লাইজরেমনে অমসুং পরমাত্মাসু কৌই।

লাইহিরিকসিগী খোইমা মুংঙাইবা মাঙলবসু মৈতৈ কা'লুপকী হৌজম্গী Dictionary বাগীদিন অদমে, যুং খুদিদ, শাগৈ পীবাঃ খুদিংগী য়ুমদ থম্বা মতিক চাবনে. পৃথিবী গী কনা কাংবুগী অসিগুম্বা লৈরমলোই সাঙদনবগীদমক করিস্সু লৈজদব এনা পলেম্ ওইবী পুংলেনথোম্বী শ্রীকুমুদিনী মহারাণীবু নিংশিংনবা টাইবং মপু ... ভগবানগী শ্রীচরন্দ কংচরি। মথদা সাকক্ লম্লেন অহানব ইজরি। সাকোক হায়বদি সা ওইব করপা, লম্লেন অথোইবা লম্বী, সাককুকী অর্থ অমনা মোক্ষ অমদি মুক্তি হংবা কৌই সাকক্ লম্লেন অহানবগী অর্থনা মুক্তি অমদি মোক্ষ ফংনবা অথোইব লম্বি—শ্রেষ্ঠ মোক্ষ পাম্বা হায়বনু মৈতৈনা "সাকক্ লম্লেন" অমদি সাকোক লম্লেন কৌই।

ফোংজবা
শ্রীভাগ্য য়েংথোইব
তাং ৮।২।৮৭ ইং

* সনামহী—পহৌগী খোজাবা মহী ওইনা কংজয়গা সনামহীচুনা হকচাং পাথংব পোকই। টাইবং মপু বিষ্ণু পরমাত্মাবু আতিয়া কুক শিরবা পাথংবা কৌই। পাথংবগী মচাদি পাথংবানে। মনাই ওইনা

# নিংথৌচা

ওঁ নমো ভগবতে বাসুদেবায়। নারায়ণং নমস্কৃত্যং নরঞ্চৈব নরোত্তমং দেবীং সরস্বতীং ব্যাসংততো জয়মুদীরয়েৎ।

ব্রহ্মা পরমাত্মা ভগবানগী মসক ঈশ্বর কৃষ্ণ অহুগী থুম্ম দম্বং পরমগুরু বৈষ্ণব মহাপ্রভুগী থুম্ম থম্বাকদম্বু' কোক্টিন্নক খুরুম-জহুনা ভয় (১) শ্রী বিবাদিরাজ নিংথৌনা বংশাবলী শংগো মৈহৈৗয়বান হৌদোক্লুনা হৈচরক্লে। স্বয়ং ভগবান নারায়ণ ঈশ্বর-দুনা তমঃ গুণ্ণা চিংনা চৌদ্দভুবণ ১৪ দা থবাই পাল্লিব অচৎ চত্তা খিবিক, কুমক্লনা * সত্য ত্রেতা, দ্বাপর যুগ অহুমর হৌখিরবদ কোন্নগী কুমশীং ৪০০৪ হৌভ্রবদা ঈশ্বরনা লোংদম্ লকপদগী বিষ্ণু অংশ মসু অমনা বৈষ্ণবকী মসক ওইদুনা অ তা'র তৌব মহামহন্ত মহাপ্রভুজী লাক্লুনা স্বয়াবলগী শাগেপ পোক্লব নিংথৌসিনা মকমগী হৈনহনা অনাচার চৎপ্লব দসিবু টাইবং মপুনা

---

নিংথৌ মহক্লু মৈতৈনা পরমাত্মা' অম'দ থবাই মিয়েনবু পক্লৌ পাংবা কোনা নৌংদমই।

* যুগ মরিসি—সত্যবু নরিচগ, ত্রেতবু হাপাচগ, দ্বাপরবু থুম্ব'-চগ, কলিবু হৈরিতেনা কোম্নগ কৌনৈ। হরিচগ-তা ধর্মসি শকুক মরি, ত্রেতাদ অহুমাক্ত হৈরে, হামা (দ্বাপুর) দা অনিদা ভাইখি। কোম্না চগ চুপতা হৈনৈ লৈখিত্রে, অহুবু থঙ্কলি যুগমু কৌনৈ। (১) পরিবনিরাজ—উদ্দ্ লোয়ি লাইথবগী মবুংত্তো হাইবনে।

সেমখো নো তম্লকএ। * নখোয় অসিদো থায়না সত্য যুগ্‌তা পাকক্কবা নিংথৌনে লমচংবা শাগৈ থ্‌ মহক্কুনা লেপ্‌ ওইনা লৈরব লমাং অশেংবা চারিবর্ণগী মরক্তগী ক্ষত্রিয়গী ব্যবহারদু হমো চংলো অহুগা * থায়নগী অশেংবা সূর্য্যবংশ ক্ষত্রিয় ওইরগদবনে। অস্তুম হায়নব বেদবাক্য পুথোকপরে, মতুংদা মৈতৈ নিংথৌ জয় শ্রীপরিবনিরাজনা শ্রীগোমতী মহারাণী লৈপাকপু শেংহনগে হায়না বিষ্ণুগী মংশন পোক্লকপা নিংথৌয়না বেযঃবকী থুয়া উশুলবু কোকথক্ত থোংবা য়াজরে। অসিগী তুংদা শক ১৬৪৬, চৈত্রগী কৃষ্ণা ত্রয়োদশী (১৬ নিপামব) ধনিষ্ঠা নক্ষত্রদা পানবা বারুণী নুমিত্তা শ্রীমন্ত ব্রহ্মপুত্রবু পাগৈগী তীর্থ সাক্ষি ওইহনা অহুম নুমিত্তা ক্ষেত্রি শাকৈ চানবা লমচং লেপ্লে। মতুংদা শক ১৬৫৯দা কার্তিক পূর্ণিমা বৃহস্পতিবার রোহিণী নক্ষত্রদা পানবদ শ্রীশ্রীগোবিন্দ-রাজনা * সালাই তরেৎমক মন্ত্র থাংহনলে। সালাই তরেৎ-মক্তা শক্রিব তথেম (ত্রিপুরা), মায়াং, ভরতকী লোচুপকী

---

* মৈতৈগী পুয়া মৈঃ পোবা কোবা অহুদা নোংপা পাইরেম নিংথেম পাথংবনি মমাংদা নিংথৌ ২৫০ রোম পানবগা ইরমই। অহুগা অতকপা অমাদ মাতাংতনচিংবদা ইদিব বান নিংথৌ কার্তবীর্য্যার্জ্জুন অমিনচিংবা মৈত্রবাক্ত পাল্লমই হায়দুনা 'নারদ উপগদ' পুরাণদা ইরম্বা মণিপুরবু তোলোংগীরি প্রদেশ কৌবনী বান্ধ মহানাক তোঙাবানা ইরমই।

সালাই তরেৎ সেম্বাসি মুহিংকী মঙান্দা চুমথাং থানবদা মচু তরেৎ য়াওই; মাচু তংগা সেমখি। কুমদা (শতাব্দি) লোৎদা মৈতৈগু ভারতকী অশাওব জাত শক্তিনি থমহুনা শক্ লৌখি। বুদ্ধদেবসি শক্ পাগৈ মচা মগুনি। ঐবু পোকপিরবা পহ্যো শ্রীবেংথোম তোম্বোন হোলদায়না

মৌশিং ) থাম্মারণ ( তেজপুরগী মায়কৈদা লৈবা উত্তর কামপুরগী জাত ) কবুই, তাংখুলসি শিংখি সৈরুপ্পা মমাংদা পাচা থোরা-ড়পাদো নগুণ থাংবা ক্ষত্রিয় ওইনা। মখোয়গী মিহোৎলগা নগুণ থাংবশিংগদি লৌমাগনো। নগুণ থাংবগী মচাশিংঙোনস্তু মখোয়দ শীকরোই। অসিগী মতুংদা লাকপাদো মাংগী মাগী ময়েক মচু লেপ্হল্লো।

কৌচিক্তি নগুণ থাংবা সাগৈ সালাই তরেৎ-মক্কী গোত্র থায়-বগী মরম হায়গে। শাণ্ডিল গোত্রদি নিংথৌচানে। কৌশিক গোত্র অঙোম, মধুকল্য গোত্র খুমন্, বাৎস্য গোত্র মোইরাং ভরদ্বাজ গোত্র সারাং লৈশাংথেম। গোত্র মংহাসি ক্ষত্রিয় শাগৈ লেপহৌ অহানবদ পীব গোত্রনে। ( ২ )

অসিগী মতুংদা অমরক হল্লা শ্রীরামচন্দ্রগী স্মা। খুয়াদা খুরমজহুনা অমস্তুং (৩) পাখংবা পুরীরোম্ব শমিবু খুরুমহুনা সূর্য বংশ চন্দ্রবংশদা মণিপুরদা লেপ্লকপগী ধারা মরমদি

কায়িরমই—ভারতবর্ষদা সালাই ( বং ) তরেৎ লৈবদি যদুবংশ অমদি শ্রীকৃষ্ণগী শাগৈগ অমস্তুং মৈতৈ কাংনুনানি। শ্রীথাইদিব নন্দ চজিংগ লৈবানা কায়িরমই—মৈতৈশী মপা মপু মমক খঙগদবদি খোংজোম মুপী খঙলগা খঙগনি খোংচোম মুপীবু কৌশিকা নক্ষত্র কৌই। পণ্ডিতরাজ শ্রীআতোম্বপু বিদ্যারত্ননা মাগী লাইরিক আর্য্য কাংবু অমা খোংচোম মুপীনা নোংপোক মাইকৈ লেপতুনা লাক্লগা মণিপুরদ খুম্তাখি। খোংচোম মুপী নোঙ্গাবোনংদি মাহু মাঙদে।

( ২ ) গোত্র থায়বসি ভারতকী হিন্দু অতৈম্ন তৌবনে; মরমদি ব্রাহ্মণ শাকৈদা তাংজ্রবদি ঈশ্বর পূজা মাদে হায়বগিনে।

( ৩ ) অঙকপাদি মৈহৌরোনদা মুপী ( মমা ) শ্রী মসিং হায়া ইয়গা

লৈথারোলদা লৈকুরেন ঙাংবী চন্নুনা পোংথাং পোংহন্নে, চিন-ফুরেণ লৈচৌক ঙানবীনা মোংতম্লেন অখুব। লৈথবলেন মোংতম্ অহানবনে। চিনু লৈমামা কুক্কমলেন, মৈনাইদবা, লৈমু লৈমামা (৩) কুক্কণ্লেন মৈনাইবনে, লৈফুরেণ চন্নুনা পোংথাং পোংহন। পিসিন্নুনা হুইরোংলেন লোইয়ুম্বা, পিসি চন্নু খোম্বীনা নিংথৌ হৈ-রাঙ্ ঙাং থাংঙলেন পিয়াইনুনা পোইরেতোন (৪) লৈমাও তাবনা সিংতবুং। সন্থেং পূলেম্বী চন্নুনা পামিং। হুইমু লৈমনা লুবাং থুলখিবা কৌবরেধ মযোইন্নুনা লুবাং পুনশিবা (৫) ঙান্নুকোন থোংঙাইব চন্নুনা লুংবগা নুংথেং ঙাইবগা অনিমক পোকই। লুংবামা থুমনগা সালাই ওইখি (৬) নুংকোংঙাইনা লুবাং পুন্সিবনু ঙান্নুরোন থোংঙাইবা চন্নুনা লুবগা মুংথোংঙাইগা ২ পোকই। লংবামা থুমন সালাই ওইখি। নুথোংঙাইনা লুবাং লংমাইবা ওইএ।

৭। লৈশাংথেম লোমদি লিবা লৈমামা খুমখুম নিংথৌ। খুমখুম লৈমামা বাগনে। সৌনপী লৈমা লৈতং নিংথৌ চন্নুনা (৭) নিংথৌ কাংব কাংথক্সে লৈমা তান্নুনা থারোংনে। হুইমু

মচ্ছগী মনিং ইনৈ। অসিনা তাকপবু মহাভারতনচিংবদা মুণীশিংগী অরেপ্প নিপা লৈয়বমু মনীং তোয়দনী=তোবগুমা, মৈতৈমু তোয়বরা থম্মব ঙমদে। কুক্কম্লেন মৈনাইবা অসিনা ফুঙ্গাযৈ লিংবা হৌখি, মৈতৈগী য়ারী লাইরিক্ত মাগাক্তা লাইরিক মমেক হোৌতোকখি অহুনমু নন্তবা শংগোল মচৎ তখিব হৌদোকখি মাগাকসিবু লম্মাংতোংদা লাই মাংকোই খুক্কব হাবনা বিষ্ণুপুর কৈথেলগী মনাক্ত হাম্বাওবখি। য়ারী অমদা ক্ষোরি (অক্ষর) লৌদোকপা ক্ষোরী ফাবাগা মিংচংকীদমক লান থেংনখি মামা মহীন তরেং শানবা লোঙ্ হোৌদোকখি।

৯। ভাববা লোমদি লৈচিক নিংথৌ চনুবা ভাববা লৈচিক চিকলিবানে। * লৈচিক নিংথৌ চনুবা কাংব—কাংখল লৈমা তারিমু—না অমুক হাথবদি কাকোই তেমা, যাংবা, দেশরজন, উরেম খুব, উরেম হনব ইরেম, খাবি, লংবা মাংলমক পোকই কাং কোইমা পোকু পোকই, তেমাংনা মৈতৈ মাচবী পোকএ, যাংবানা মায়ুং পোকই। দেশরজনা তখেন * পোকই। উরোন খুবমা কুন্থ পাঠান পোকএ, উরেম্ হনবনা মোইবাং খোকচোম, ইরেমা তিলিপাসা, খাবিনা (১) খাকিপা চাইরেনপা পোকই। লংবানা লংজেকা মোইরাংপা পোকএ। মীশিংসে মোংতা লাইরেন পাখংবা পাঞ্জিতৈনী মীনে। চাক্তি চক্ক্ম কুক্রবী চাইএ (২) চিংদা পালএ। থুমদি থুমথবীদা পালএ, শান্তি সায়দা পালএ। তাদিং ভাবানদা সিংপোং, ফৌ কোক্তি হোইরপা মথন্ত চংলে। মিরোমানিদানে। মখোয়গী

তাবি মোইবাং অসিদি পোইরেতোন খুহোকপদা খোংবাংপা পোইরেতোনপা লোয়নবকপা কাংবুবে। ভারতবর্ষগী নিংথৌ কনিষ্ক-খোয়গী মপামপুহ জিযুচাথা কোই অহনদি মখোয়গী চাদা নাউদারা হায়না থাজবৈ।

* কাংবা-কাংখল কৌবা নিংথৌ অমি লৈদি অকোনবগী ভাববা লোনগী কাংবা কাংখলা মাথাং, খাকীগৌন, পোংমচিংব সম্তোকখি।

* তখেন ত্রিপুরাদ লৈবা মীনে। ত্রিপুরাবু অম তৌবদগী ইবেন লৈবু কাওদনবা তখেন লৈ কৌনখি। (১) খাকিবু মৈতৈনা চাইমিজবে হায়বৈ চীনগী মাথা খংবা লমদা কাংবু অমা লৈদি চীনাগী cultural history দা মখোয়গী হৌরকফম খঙনদে হায়রি। (২) মখক

হাক্তক লোম্খিবগা চাকু, ঙা সা সিং লোং পানম্বা অচ্ছু থৈবিক মাঙগ্রে! (২)

অসিগী তুংদা সূর্যাবংশ তাংবা লেপ্তুনা পাখংবানা নিংথৌ ওইনা লৌতোক্লকপগী বা হায়গে। টাইবংপানবা মপুনা লৈপাক সেম্বা লোইরবগা আত্যা শিদবনা নিংথৌ অপানবা পোংশু নংদি টাইংপানব কোল্লি, ঐদি নুমিৎ কাখিগে। + + হায়রগা আত্যা শিদবনা নিংথৌ অপানবগা লোয়নমা নুমিত্তা কাখি। আত্যা শিদবনা নিংথৌ অপানবগা নুমিৎকী মরাইদা লৈর-দ্রুমা, থাদা লৈবা তাউরোইনাইবু কৌরদুনা নিংথৌ অপানববু ডিম্বাকার, নোংলুমগী মসক ওইনা তাওরোইনাইদ পীরদুনা আত্যা মাংাক্কী মশি লৈপাক্কী মপোয়দা লৈবাদুবু উত্তুনা অসিদা শিক্কও হায়না শিখি। অদুগা তাউরোইনাইনা মায়াদা উম্না পূথরকএ। আত্যা শিদবানা মাহাক্কী মমিগী মতুংইন্না কুমক্তুনা লৈপাক্কী মায়াইদা লৈরগা য়াঙগ্রলে। * সগৈদমক য়াপিরোক কৌএ (ক) অস্তুম তৌনা নুমিত্তগী কুমকপা

---

হায়থিবাংস নারক শাংলক্কী উঠৈ চাবম্বী বাবে। চীন লৈপাক্ত নিংথৌ অমন, শা, ঙ, কি উপানবী অমদা যাক্লপা যাম্বী প্রজাশিংবু লেকুহনবনি বাশু থেংবৈ।

++ মতাংশি বেদনা নুমিংকী মথোন্দা লাই লৈবগী বাগা মাবে।

(ক) লৈথক-লৈথারোন অমসুং The THADOW কোবা লাইরিক পাথংবাশি লিন কোবা নিংথৌ অমগী মতমদা থোংজাইনচিংব চীংমী বাম্না চঙ্লকপদু ঙাকপোক্লব মসা ইবুঙঙোন বাংগ্রেনবু ঙুপহুযোমদা

লাইদে পোকএ। অসিগীদমক সূর্য্যবংশগী শাকৈ ওইএ। নুমিৎকী মখিগুম মৈ অচৌব মঙালগুম অস্থুম লৈরবদা মাহুবু উরহুনা লৈকু লৈরাইদ ভাবব সোরারেন তম্না মকম চায়খোক্না লৈপাক শীরে।

অসিগী মতুংদা আত্যা শিদবানা লৈপাকী সেকনিদে চংখিএ অহুম ওইনা (১) পোংবম্না মানা সেম্ব খিবিক পুক্না চংখিব্রে। আসইগী লাই শিদব অহুমা (১) পোই-নাওচ কৌম। হান্না খুন খোক্না নিংথৌ অপানবাগা তিম্নরগা রারেম তাম্নরহুনা খমচিকোন কৌনা থবারেণবু খেমখোকলুই। খারা রনা ঐ দ খোকচম্লরোই ইমাও পোইরেভেন্না লৈনাও তাবী চেন্নহুনা খোকখিও। হায়না শীখোক্লমএ। লৈনাওতাবা থোবাংনা মানা সেম্বখিবিকস্লুং টাইবং কৌই। * টাইবং পাবব পূম্নমকপু পুথোক্না লাক্লিঙৈ খাবারেম্না ++ লাই-খুরেম্বী পুরক্নঃ খুমখিংলম হান্না খোকচুমএ। লাইখুরেম্বীদু লৈমা সাহুনা লাইম্না কৌনা অপানবদ খুংশিন্নখা শীরে।

লৈহনাখি ঈশ্বরবু ইপগুম্না খনহুন 'পাথংব' কৌনা নিংব, মখংগী নিংথৌ করয়ু তোংগোনব।

লাইরৈমা উরুম খাউচোনবীগা লোয়নবা পাসৈম্বা নিংথৌ ওইনা পাম্নগা টাইবংমপু 'পাখংব' অসিবু (সরেণ অচিব) কৌনা নিংনখি। আত্যা শিদবদি মরুওইব পাখংবনে। তাউরোইনাইবা মহোখা লৈমা (প্রকৃতি) অসিনি খঙনখি। অহুদমু নত্তনা তাউরোইনাই কৌবা শিনাইদব নিংথৌ অমম্ব নোংতা লাইরেন নিংথেম পাখংবা পাক্লিবৈদা পানখি।

অহুগা অসাই পোইরৈতোন্না থুমম্ংঙলোমদ থোক্লক্লে। পোইরৈতোন্না পুরকপশিংনা থুংস্নু থুংলাই মরোইশিংবিক্তো পুম্নমক অহু অপানবনা মুন্থমলে অপানবাবু তাওরোইনাইমা মচা অহুমগী মরক্ত থোংনা পুথিহুনা ফানজিং তান্না ইনথংবি, মকমহুনা নিংথৌ আতাংগা মসক ওইনা পুক্রম মোংখোন মৈপুন চাকথাং শানা ইনচম থান্না অসাই অসৈরাওনা নিংথৌগী পোংলোইশিংবিক চংখোলনা মোংথিল পোপোক্ত হলচিক্তগী চৌক্ত মৈ ইন্না কুম্নক্তুনা লপ্নান কাগী মান্নাইদা থুনে। অরাম্বম ইরুই, অসাংবম্মা খোঙ্ হাংদনা নাই মঙনা অভিষেক তৌনা ফম্বান কাহনলে। নিংথৌ ওইহুনা অহিংদি মীগী মসক ওইহুনা লাইশ্রু লৈম পান্নে নোংথিলদি লাই শ্রন্দুনা লাইগী মরক্ত তিন্দুনা লোইরেম্দা য়াকাই।

১। লাইস্নানা থুমোইতোম্পোক (নিংথৌ সনা পুং জাও তিংব হৌথি)। নোংমোই-শুনা তাউথিংমাচ (ভুরেন্ মরিল তেংথিবানে) হাওনু থুনা থুইথিংলোম্বা, হাওনুহন্না পেংসিবা লাইতোংথুনা কাওথংবা ১। লাইতোংহন্না মাউখোম্ব তরেংমকু অংস লাই ওইবি।

* মথক্তস্থ হায়থে =পোইরৈতোনগী অর্থ অহুগা লৈরংও তাবীগী অর্থনা মুপীগী লৈ শাংলগা থোকপা ovum (ওভম্) ওইনা অর্থ লৌবমু য়াই। অংচিগা (speran) গা ovum (লৈনাওতাবী) তিন্নগ জীব লেথগী বা ওইনা লৌবা য়াই। পোইরৈতোন থুহোকপা পারগা মতৌ অম্মা লৌবদা লালোই। ++ লাইখুরেম্বাসি লাইমাম্ব কৌই। টাইবং মপুবু পাথংব কৌবওম্ লাইখুরেম্বাসি থোপ্গী মহুংদা লৈবা জাগবু থক্তবৈ। লাইশ্রা অমদি লাইসনাবু ভুমবা মতুংদা হিংনবা হোজিবা দুংখ-শোরবু

য়েংশঙ্দবা :—লাই ওইথি হায়বাসিগী অর্থ শিখিব হায়বস্তু খঙ্দ্রৈ, অদুগা লাই কৌবা কাংবুগী মীশিংনে. অসিগী মতুংদা অতৈ ধর্ম লাকখিবগী য়ারীশু ফংই।

য়াওরৈমা চমুমা মাওফংবা, কাইরৈমামা সাবৈরাং. লাই-রৈমামা কোম্মৌব, থাবা রোম্লা খোংতেকচা, পুকৈরেন চমুমা কইরেল্-চা লোইজবা চামুনা য়ারব'. লাম্বাম্নুমা চৈংলৈ ইপাম্বাবা, লাঙ্গাম্নুমা য়াংলৌ কৈফাবা খোংলৈমামা ইরেংব, হাওরৈমামা লোখম্বা স্নুমলৈমামা লোইতোংবা, মোংপালনেন সংলৈমামা আতোমরোইরেম্ব, স'লৈমামা ইবাম্বাবা, লিলস্নুরেন্ খ্রোই-ঙম্বীনা খারানথাবা, তোকাই ঙম্বীনা চীংথাংলান্ থাবা, নিংথৌ পোকপীনা পুরাণথাবা।

নিংথৌ পোকপনা খুমোম্বা য়াং লৈঙম্বীনা মোইরাম্বা, খুমন খোম্বীনা থংপি লাম্বাবা।

---

খঙ্দৈ। ঈশ্বরবু পাখংব কৌবঙম, পাখংবগী মচ্চা মীগুম্ব পাখংব কৌই। পাখংবসিভক্তা হায়বগী অর্থদনে। পাখংবনা অহিংদ লাইশ্রা পাদৈ হায়বাদি শোর হোত্তোক হোনজিনবানে। লাইশ্রাবু মাম্নুংদা লৈবনে হায়ফুনা খংজোই-মাংজোই পুগাদা ইথি। পুরাণবু মৈতৈনা পুয়া কৌনৈ।

* য়েংশদবঃ—পুরাণথাবনা পোকপা মতমদি ভারতবর্ষগী পুরাণশিং ইবা হৌরখি। মোংতা লাইরেন পাখংবা হায়বসি শ্রীবিষ্ণুনা শ্রীকৃষ্ণ ওইনা অবতার তৌবাঙমানে। মোংতা লাইরেন হায়বগী অর্থদি মোং-তোন্দগী টারকপ লাই অখোমবা নিংথেম পাখংবা হায়বনে। সেম্রেংগী মচাগী মখিং মিংথেম কৌই। মতম অমদা সেম্রেং কুম্রেং শিন্না-শিন্নবা

* খণ্ডগদবা :—পুৱাণথাবা বিথোগী মমাংদগী 'মিংথৌ' হায়বা ৱাসি ইরদে।

নাওশোম্বীমা কোংয়াম্বা, খম্বাকাবীমা তেলহৈবা। (মিংথৌসিগী মতমদগী খম্বা থোইবী সৈরেং সরুবা হৌখি। খৃষ্টাব্দ ১২২৪ মতুংদনি।

সনা য়োম্বীনা তাপুংবা, লক্ষেল ঙম্বীমা লাইরেমবা, লমকেন ঙম্বীমা পুনশিবা লাম্বাস্নুমা মিংথৌখোম্বা, লিমথে ইঙম্বীমা ক্যাম্বা, লৈশাংথেম চনুমা কে ইরেম্ব। শেলপুং লোকপীনা লমকাইঙম্বা। খাইরোইরেন চংমিং ফাবীমা নোংইন কাবা, চাখাতাংখুল ঙম্বীমা কাবোম্ব, লৈশাংথেম চম্নুনা তাংজাম্বা হাওচোংঙম্বীনা চাংলাম্ব (হৌজিক মতমদ য়াম্না তৌনরিবা মিংথৌহুমে) লক্ষেমঙম্বীনা মুংয়াম্ব, কাইনৌ চাংশোম্বীনা

---

মিংথৌ ওইমিৎরে। অদুগী সেবাদি থ্বাই হুংচেংবম পীবা নমু পোংবনা তৌখি। মাহাক্না লুমহুনা তেম কাঞ্জদা মমাম্ব কুপত্রেংগী খগোম্দা পান্দুনা খগোম শিখি। ককচিংগী মমাংদা লৈবা মরিং খুম্বিরোক্তা কুপত্রেংবা লোক্তুনা লৈখি। সেত্রেংবা মচানিপাবু মাবিরোক্ত শিমরগা হৌজিক মতমদা লৈরিব তিব্বৎদেশগী চীংখাংদা (মালভূমি নত্রগা platoie) লৈবা মৈরিংদা লৈখি। মথংদা উথ্‌লগী পুংবাখুন মনাক্তা লৈরিবা মৈরিংদা মতম থর লোংখি। অদুগী মথংদা মচ্চা ইবুঙো নংথেম্না চাউরবদা মনিপুরগী হৈজাংখুম্দা লৈবা মৈরিংদা লৈখি মরম অদুনা মী থরনা···মৈরিংবু নিংথেম পাখংবগী ফোংকমবে হায়রৈ। নিংথেম পাখংবমা তরেংখুম্, মাইবখুন মনাক্ত মারুগা পোইমিংগী মতেঙনা মিংথৌ অমুক ওইখি। মহাকপু লাই পাখংবগী অবতারবে হায়নখি।

থাগেম্ব * কৌবা কৌনহুনা নিংথৌখোংদা পুন্তাহনখি। মখোয়বু শেমনবা পুঞ্জমল্লচিংবা মৈতৈ কয়া থমখি মখোয় অদুবু বিষ্ণু-প্রিয়া মিংথৌ ওইহন্দুনা মিংথৌমচা ওইখি। ইবাংলেন্ চাথা

---

শ্রীজিংথেম পাখংব খুট্টগী মমাং চহি ৯৭/৯৮ অহুবাইদ মণিপুরদা নিংথৌ ওইখি, অদুবু মণিপুর ইতিহাসদদি খুট্টগী মতুং খৃষ্টাব্দ ৩২/৩৩ দনি হায়না ইরি। মরমদি চীনগী কন্‌ংখেল ইতিহাসদা চীনদগী খৃঃব্দ ৩২/৩৩দা শিবা নৈতবা (imimortal) মিপা অমা Dragon তোংহুনা চংখি হায়রই মহাকপু পণ্ডিত থয়না নিংথেম পাখংবানে থমখি। পাখংবা হায়বা শব্দগি অর্থ অমনা 'পরম পিতা' ঈশ্বরনু থগুনৈ, অর্থ অমনা মাহুগী লাইনিং (ধর্ম) চংপাশিংবু থগুনৈ। অহুনা ঈশ্বরগী মগুণ নৈবাম্ব থগুনৈ। অহুদি চন্দ্রধ্বজ পাখংব, মনঙ্গেং পাখংব অনিচিংব হাইনৈ।

* মেংগদবা :- থাগেম্বাসি লাম্ভাবকুপা চীনগী লাম্মী চকপা, কৈমেং কাহিয়াব, সেক্মাই অমদি সেকিমাং লাম্মীশিংবু কায়গ মণি-পুরদা পুন্তা হনখিব নিংথৌনে। মাহাকথক্ত হায়মগী লাইশিক মমেক নৈরম্বা অহু সংস্কৃতকী মমেক্ মশীংগা মায়া-হমগা হৌজিকী ময়েক মশীং সেম্নগা মগা ইবুঙো খুঞ্জাওববু তমদনখি হায়মৈ।

মাহক্রা পানবা মতমদা মোগোল লাম্মীশিংগা লোয়ননা লাকপা মীয়াম্নবু কায়গা মণিপুরদা পুন্তাহনখি। মখোয়গী মরক্ত মোংচুপ বাঙ্গা-লাদ নৈবা থালামাশিং অহু বিষ্ণুপুর কৌবা য়ানচিগী মনাক্ত নৈবা কাংবুম্ব যাওয়কখি। থলাস হায়বাসি হিংলোনম, কুলিগী থবক তৌবা মীশিংমে। বিষ্ণুপুরদগী লাকপা মীনি হায়হুনা "বিষ্ণুপুরিয়া" হায়রগা থগুনৈ। বিষ্ণুপুরিয়া হায়বদগী নৈরক্তনা বিষ্ণুপ্রিয়া কৌরি।

---

মেতাই পোংগবীনা পাইখোম্বা চাইখোম্বীনা মহারাজ চায়াইলোংব। থাইবোইমেন ইবেন নোংথিল চাইবীনা মহারাজ পামৈবো পোকখি।*

মরি'লোই খোম্বীনা মহারাজ মারাম্ব, ইরাংলেন্ চাথামরিংলোই
খোম্বীনা মহারাজ চীংথ'খোম্ব (১) থারোইলেম লিক্লাং
খোম্বীনা মহারাজ লোইয়েন খোম্বা, থা-রোইলেন্ মিতুলোই
খোম্বিনা মহারাজ-তম্ লেনখোম্ব। চিংকুবেন অরা ফাবীনা
মহারাজ মোংচবু ভালোক, রাইরং পামহৈবা। খরোইয়েন
মোংখিল চাইবীনা মহারাজ মোংপোক পামহৈব, মোংস্নুরেন
খুম্বোংস্নুমা মহারাজ চীংলেম মোংক্লেন খোম্ব মোইক্রম্লেন্
চুঙলেন খোম্বীনা মহারাজ নাঙচীংলেন্ লোংক্লেন খেম্ব।
ইরাংলেন্ লোয়মচাবু হোংবা চনুমা মহারাজ লৈয়েন মোংলেন্
সেন্রেং মণিকুখোম্বা, মোইক্ল মানানা খোংলৈমানা মহারাজ
মণিক নুংলেন খোম্বা। + +

মাঙৈরেমা চনুমা নাঙকংবা মৈতিংঙু নাঙকংবানা খুমন
নিংখৌ (১) মোইরাক পুনশিবশী (১) মনাও কমেং

* থঙগদব :—নিংখৌ খোম্ব মচা পোক্তে অহুবু মনাউনিশাশী মচা
চারাই লোংবাবু চারাইফক মথক্তা লোংনা হিপ্তুনা লৈরম্বাবু মচা ওইনা
লৌখি। চারাই লোংবনা বৈষ্ণব ধর্ম্ম চংলবনু মনাইবুত্তো পামহৈবনি
'রাম' নিংব ধর্ম্ম চংখি। মতম অহুনা মনিং শরিবনিরং'ল খোনখি।
চাক মান্না তাংবদা লোংচুপ লোমশী ব্রাহ্মণচিংব মী মাংনা লাকখি।
মথোম্বু লৈহন্দুনা শিক-শিথক মান্না তৌখি অহুনা পামহৈবা শরিব-
নিবাজ মিংথোন কংখি। মাহাকশি মণিপুরনা পামখিব সম্রাট অমনি
হায়বা যাই। মানা ব্রহ্মা দেশশী মরাম মকম ভা তৌখি।

(১) খুমন্ নিংখৌ মোইরবা চহি চাহম পুরখিলে থমন শুরুশী
খাওন (অবতার) নে হায়বৈ।

খুয়াইবমা পোকপা কাইরৈ মা অমসুং য়াওবিরৈবা অনিমক পান্নরুবা, কাইরৈবাবা পোকপা সরৈবাংবা মিথৌ ওই। য়াওবিরৈবা চনুবা থমংলাং পোকএ।

১। য়েখোয়া মার্কণ্ড পোত্রঃ মিংথৌচা মকোকুনে।—থমলাংবা য়াওবিরৈবা চনু (মঙ্গাগী শাকৈগী নুপী) পান্নরুবা (১) চীংথৈনমু কোইরেং (২) সরিকপা লৈথম অনিমক পোকএ। চীংথৈনমু কোইরেঙ্গবা চিংকাংবম চনু পান্নরুবা খোংমাঙ্গা মোংইনবগী অনিম পোকএ খোংনাঙ্গগী ঈদি য়েংখোম সিন্নাইব খোরি,—মাগী ঈদি (ধারাদি) নম্বুশ মাপাল তাবা কৃত্তিধ্বজ ময়ুমনে, য়েংখোম নন্দ ময়ুম্। ককুবা তাবা বীরসিং ময়ুম্। য়েংখোম কোমশম পোর মীতিন্দুদা লাক্কে। য়াইরিপোক তাবা বলরাম হংগুণ তাবা কংক্রোম্, কাকচিং তাবা হৈরাসিং ময়ুম, ককচিং কমেং তাবা চন্দ্রকুণ। খোমগ্রাম্না তিম্নব (ওমখিব) লৈশাংখেমতাবা ভুলসিং ময়ুমনে। লক্ষ্মন মাপাম তাবা থাংকংশাবা শামু ময়ুমনে পোংশংবমদ তাবা য়েংখোমনে। থাংথৈবন্দা তাবা য়েংখোম সাকো ময়ুমনে, শোইরখোম খিঙেম তাবা য়েংখোম উংশংবা শামু ময়ুমনে, তেমথাদা লৈবা য়েংখোম

---

+ + সমৈবাংসি মখিং নুপী অম লৌবগী অগানবদা মিংথৌ ওইহনখিদে। মনাও মিশা থমংলাংনা চহি অহুম মিংথৌ ওইখি। অতুবু মৈতৈ পণ্ডিত শ্রীখোংঙাই খুরুপবা থমংলাংনা মিংথৌ ওইবান্থু সাংথৈবাংবা কুম্পাবদা হাপহনখিদে হায়রমই। মমমদি থমংলাংবু মী বেক্তুবা য়াঙহনখি।

খোরি লাক্কে খোইরোমদগী থাইব চাৎসাবা খোরি লাক্কে লাই চাখাবাসি অশিংনিকুঞ্জবিহারি হায়না খঙলোইযাখোইদ ইরি, মাতোম শুমাংদা লৈবা লাইনে।) খোয়াথোং তাবা য়েংখোম অর্জুনসি ময়ুমনে। শগোলবন য়েংখোম লৈরকতাবা পল্লিসিং ময়ুমনে। মোইরাংপোক তাবা চিতাকশুংবা য়েংখোম লোকনাথ অসিনে। চাজিংদা, মোইরাংখোমদ তাবা য়েংখোমশিংসে ককুপা তাবাশিংগী কাংবুনে। কাছারগী রামনগর, ঝাপিরবন, হোজাই, চৌংখৈরোং য়েংখোম, মেঞ্জুর লৈকায়দা লৈবা য়েংখোমশিং, গৌহাটিদা লৈবা য়েংখোম হেংবোখোংনৈশ্বাদা তাবা য়েংখোম খুংনে। কোইজিং তাবা য়েংখোম মোইরাংম কোইজিং তাবা য়েংখোম কেশরাদি চোথেনে। উরাপ তাবা য়েংখোম খেলাবাম, য়েংখোম চাওবা ময়ুমনে।

## ২। কৈথেন লাকপম

মথক্তা পনখিব মোংমাঙ্গগীমখাক্তা লোইনবগী মচা-মশুদি কৈথেন লাকপা ওইবদগী কৈথেনলাকপম হায়না খঙনখি। কৈথেন লাকপমগী বাংথৈদা তাবা ধর্মসিং ময়ুমনে। থংজাংগী মচা ইবুংচৌ শরিকপা লৈখম্বা মখাগী শাকৈ সম্ভোকখি।

**৩। খোইরোম। (ক)** নিংথৌ খমংলাংগী অনিশুবা সরিকপা লৈখম্বগী মথা মাইরিপোক তাবা খোইরোম চাউভন ময়ুম। মুমলেম্বম তিম্বব খোইরোম অকোং লাক্ক শুমংদা লৈবা খোইরোম কিয়ম্ব লাক্কে। থাংগা তাবা খোইরোম

তুলনে। চাথাসংব খোইরোম রূপসিংনে। মায়াংকৈনবৌ লোন-থম লাক্লে। পোংশংবদ তাবা খোইরোম থৌগ্রাম লাক্লে।

(খ) মাহাকপম থম্বাল লৈমমাই তাবা মাইবা তুলানন্দ ময়ুমনে। মাঙরেমদ পকপা তেনবা লুংবাগী ইদি খোইরোম হিনাওবমবা লল্লাব লাক্লে।

বাইচোম ঃ—হরিচরণ বাইচোম হিদাকপু ফানবদ লৈবা অকোই লাক্লে।

সমৈরাং নিংথৌ ঃ—নপোং নিংথৌ চন্দ্র-মেৰী লাইরৈমা পান্নদুনা (১) উরা কোম্হৌব (২) পুংমাইগা অনি পোকএ। মৈতিঙু উরা কোম্হৌবনা নিংথৌ ওই।

মানাও পুংমাইবী ঈদি ফালাবম চাইব লাই ওইবা সুং লাক্লে,। যুমডাকপদ মেত্রসু লাক্লে।

থোংকাংবম ঃ—মোহনসু লাক্লে সগুলেন্ বাসী লাক্লে, সচলেম তোরৈ শ্যাম লাক্লে।

মাইরেম্বম ঃ—থোংনেমগী ঈদি উরিব ময়ুমনে, মোইরাং মাইরেম্বম কৃষ্ণনন্দ ময়ুমনে,। মোইরাং তেকেম লবঙ্গ ময়ুমনে তেলেম থোইবা ভাংলৌ লাকপা ময়ুম।

উরা কোম্হৌবা মৈদিংঙোনা ঃ—খাবারনমে, মাউহনমে, লাইবাময়ে মাউথিংথোংনে. মিংথৌ বাডানে মরি মক পোকই। মোংবান হুমাস্রীনা কৌব যাংলাই কোকসু পোকএ।

মিঙ্তিংঙু নাত্তথিংথোক্‌না :— মিথৈ ওই। মিংথৌ অ ভাউবা উমং কৌবা পাংশোই খুম মনাক্তা লাইহরাওবগী লাই ওইনা লাওনরি।

খুন্তোংহম :— মচা ইবুংঙো নাউহনা খুন্তাং নাউশংচনু পান্নহনা মথি হৈরোংবগা নিংথৌবনা অথিবা পোকএ। মথিং হৈরোংবনা লংমাইথেম চনু পান্নহনা মাগী ঈদি হৈরোম মোরমা সংবম খুর ইটাব পাঙম তোম মযুমনে। খুন্নোন— কো য়াম লাক্কে, বাইরী সকথী লাক্কে। মনাঙ্ত নিংথোনবনা পে য়াং চম্নু তাই-থুরেম্নী পান্নহনা তাইমজম-মোইরাং খোম টং। থাবাগী ঈদি থেথ, মযুমনে। কৈরেনশংবম তাইমজম থেংসিং মযুমনে তাইমজম শাংপমদা নৈব চরোই লাক্কে। পাং কন্‌বম অচৌ লাক্কে। তাইমজম খেমা মযুমনে। তাইমজম মাওরেম চংপ্রৌটাবা পুক্রযোওমগী ঈদি বীরসিং মযুমনে। হুই রোংবম তিম্নবা চিঙামথা টাবা তাইমজম তশিন্ন মযুমনে,। তাইমজম মাওরেম কাহনগী ঈদি আরাদা লৈ মথং ককুবাদা লৈবা তাইমজম জগদানা য়ুম চাকই। থরোংদ লাকপা তাই-মজম লৈসং মযুমনে খুন থাইব তাইমজম পাঙম লাক্কে। আরা খুন থাইবা তাইমজম খুমিংগী ঈদি লৈসংদ তিল্লে। তাইমজম চিঙামথা টাবা চাউব মযুমনে। আরোংদগী তাইমজম মোদন মযুমনে মায়াং কৈরেণসংবা তাইমজম তাথোম্ব লাক্কে ইরোই-শেমবা টাবা তাইমজম লুবাং লাক্কে তাইমজম সকথী লাক্কে। অচোম লাই মরেম লাক্কে; চঙাংকৈ তাই-মজম লাক্কে।

হাউবমদ লৈবা তাইমজম অচৌ লাক্কে। সগু অহমবগী তাই-মজম জয়সিংহ মযুংনে। চিংবারোইবী মমাই তাইমজম লুরাং লাক্কে। চিঙা খমদগী তাইমজম পূর্ণ মযুমনে। মাউহনগী ঈনি হায়বা নৌমা নাওরেমদ পকপা তাইমজম ভোব খোইমাই তেম্বাগী তাইমজম ছত্রেশ্বর মযুংমে। য়ুম্পাদগী তাইমজম লাক্কে।

লোরেম্বম। মৈদিংগু উক্রকোম্বোবা ইবেম্মা নোংপোক চঙনা ফৌরয়াং—লাইকোকুম্ব পোকএ। মহাক্না অচৌম চম্ব পাক্লহনা লোরেম্বম শাগৈগী খুলখোম্ব পোকই। মাগী ঈদি বাংখৈ লৈকাই তাবা আবা (Ava) লৈমা মাপাম হুহোমনিংমে। লোরেম্বম খোংনাংথাব খোংমন টাবা, রূপসিং মযুমে লোরেম্বম মাইব থিয়াম টাবা লাক্কে। লোরেম্বম মেস্লেম হনবম ভবানসিং মযুমে বাংখৈ লৈকাই টাবা লোরেম্বম জর্ম্মসিংদগী মযুমনে। জর্ম্মসিংগী খাইব লোরেম্বম ভীম সিংহগী মযুমে। জর্ম্মসিংদগী খাইবা লোরেম্বম বেদসিং হজারি মযুমনে। জর্ম্মসিংদগী খাইবা লোরেম্বম ভীমসিংহ মযুমমে; জর্ম্মসিংদগী খাইব কুবালা টাবা লোরেম্বম চুরাচাঁদ মযুমনে। থিঙুংকৈগী লোরেম্বা তোনব লাক্কে। চীংপাল লময়াংদা লৈবা লোরেম্বম খরোইবা লাক্কে। মোইরাংদগী লোরেম্বম লাবাং লাক্কে। লময়াংদগী লোরেম্বম শ্রুপা মযুমনে। বাংখোং টাবা লোরেম্বম চেক্রুয়াম্ব লাক্কে।

মিতিংগু নাউথিংখোনা খুমন্থুরেণ চিং ঠাইসু, পিতংঙা (নোংমাই পেতংঙা (কৌবরাহুনি) লংমাই নিংথৌ চম্বুনে,

কৈরু: হানবীমে, নামুল চাউবীমে, সংখুবী লমতুনৌ হোংবা, খোইরু লাংমৈ চনুমে মিংথৌ কুরাওপানব চনু লৈমা লাই-খোং ভোংবীনে, নোংপাল সম্মিখোম্বীনে, ইরেং কোনটাবীনে মাপল (৯) পান্নহনা খুমস্নরোন্না খোংতেকচাগা, পুংকৈলাব থাবাগা অমি পোকএ। পিতংডাদি নুংফুতুনা নিংথৌ মাগী থবাক্ত কনখবগী দ্বারা লৈরিব নিংথেম পুথি, মনাক্ত মাগী মথী ফোংই হায়ন কিনবা ইবেম্মানি। সোইনাইবিদে।

নামুন চাউবী-গী মচানুপী অমা পোকই পাম্মাংদ লিরে। কৈরুং শাবিনা মিংথৌনবা নিংথৌ শুবাগা অমি পোকএ (অহম্বেমসি নিংথৌহনবগী মচা মশুনে হায়নৈ। লোইমুম্ব শিলেন্দা ফি-মচুশঙবগী থবক ৎৌহনব মথুং হৈব কাংবুনে

খোইরু লাংমৈরেন চনুনা থিংকোন্ ইমকুপ্প পোকএ। মিংথৌ কুরাওবা চনু লৈমা লাইথোং ভোমবিমা নিংথৌমকাম্ব পোকই। স্নংখুবি লমতু হোংবীমা থিংনাম সংকন পান্নাম্ব পোকএ। নোংপাল সাম্মিংখোম্বীমা নাম্মিলখোম্ব পোকএ। নামুল চাউবীনে ইরেংকোন ফাবিনে অনিমাদি সোইনাইদে (মচা পোক্তে)।

মৈতিংঙো খোংতেকচা-ন নিংথৌ ওই। মনাও পুঙকৈ লাম থাবগী ইপু সংবম (১), ইপুসংবম খুম্রাই টাব পার্থ মযুমনে। সাক্তৌমগী খাইব ইপু সংবম খোমসাম্ব ১ ইপুসংবম কেলথা কু ওবা ১ কোম্বা কবুই মুকিম ১ ঙোবা মম রাম ১ খাইম্নাম প্রামহবি ১) সেকওম্বা ১ লাপারে। খাইম্নাম রামগী

ঈ হাওচোংপম টাব তোলেমখোম্ব ময়ুমনে। খাইস্নাম পোং-সংবমদ লৈবা ইকমতাগী ঈদি য়াইরেকসং কাবা বীরসিং য়ুমলেন্দ তিল্লে। হাওপৈদগী লাক্কে সিখোংদগী খাইস্নাম জমসি ময়ুম তোলেন্দ তিল্লে। সিনাইখোং মরি সগোম টাবা চাউবা ময়ুম্নে। খোইস্নাম খোংমচা মুবা লাক্কে।

খুমলম্নম :— খোংতেকচাগী মচা মোলাংহন্নঃ অঙোমচন্নু পান্নহুমা মাগী ঈদি খুমনলম্নম ময়াম্নগী-ঈ চীংজোন, টাবা পূর্ণসিং ময়ুমনে। মোইরাংথেম টাবা খুমলম্নম বলদেব ময়ুমনে, পাং শোইটাবা খুমলম্নমনে। সাম্ন লাক্কে মাক্তিং টাব খুমলম্নম রূপ ময়ুমনে।

সুথাম :—চাউবা শাগোনবম্ টাবগী পীবাদি মায়াংদা লৈ। মথং চৈতন্য গোপালনা য়ুম ঙাকই। সীখোংদগী স্নুথাম খোং-মনটাবা কন্দসিং ময়ুমনে।

লাইতোনজম :- চন্দ্রসিংহ। মোমাং খুম চাউব সুওস্নুগী মচা পান্নহুম মাগী ঈদি পাংশোইটাব চক্রপানি ময়ুমনে। বাকচিং কৈ পানা থোক্কব শগোমবন্দ লৈব বড়মনি ময়ুমনে। খোংমনগী লাইতোনজম চন্দ্রসিং ময়ুমনে।

মায়াংলম্নম :—মায়াংলম্নম্ মুবাগী ঈ নম্নুলটাবা পীবাদি আবাদা লৈ। মথং তুলসীনা য়ুম ঙাকলি। ময়াংলম্নম লম্নুম পুং টাব জীবর্ণসিং ময়ুমনে। মায়াংলম্নম খুমো লাক্কে। ময়াং-লম্নম মায়াংদগী লাকপা চিঙামাথা টাবা নীলসিং ময়ুমনে।

মীনদগী থাইব শিংথৌব ময়ুমনে। অচাম্বী কৈদগী লংমৈ লাক্কে।

নাওরোইবম:—খেলাসিং ময়ুমনে। পীবাদি আরাদা লৈ। মুরারীগী ঈ লমজাওতোং টবা চৈতৈন্যানন্দ ময়ুমনে। নাওরোইবম খেমাবসিং ময়ুমনে। মখোয়গী পীবাদি ময়াংদা লৈ। মথং নাওরোইবম জীবণ য়ুমথাকদি।

হাউদিজম:- হাউদিজম মুরারী লাক্কে।

চংনিং সেনপম অমস্তু ওংঙোম:— কোদোম পোকপী টাবা সেখরসিং ময়ুমনে।

কাংঙা শেলবম:—লাইসংবম খেলরাম ময়ুমনে।

খোইনুবম: -থিংকোন য়ুম কুম্বা অঙোম চনু পাম্বা মাগী ঈদি খোইনুবম হাওমুপী ঈদি মায়াংদা লৈ। মথং শগোনবন টাব গৌরসিং য়ুম ঙাক্ল। অঙোম মনাই খোইহমবম শৌসি লাক্কে।

লোইতাম:- লম্নোইগী ঈদি নম্বুল টাবা দুর্গসিং ময়ুমনে। অহনবদি হাওচৌবৈ লেমে। হাওকৈ টাবা খোইনুজম অভিরাম লাক্কে। খোইনুজম ময়াম্ব কৈহিদং লাক্কে। মাওতম কিসাবাদা লৈবা লেম্বগী ঈদি আবাং খুনৌদা টাবা মদনসিং ময়ুমনে।

থম্লাংব সংবম:—নিংথৌ আকামবন অঙোম চনু পামহনা মাগী ঈদি থম্লাংব সংবম মুরারী। মাগী ঈদি ইরোম সিনাম—ভুবনসিং ময়ুমনে। ইরোম সিনাম্ বনমালী লাক্কে। বাকচিংকৈদ লৈবা। মাখোইজম ময়ুমনে।

নংমোইজম :—বিক্রিরাম ময়ুমনে। মোংসাকৈনী।

লাইসংবা :— তৈন্দা লৈবা লাইসংবম খেলমাচু লাক্লে। খম্নাংবসংব গঙ্গাচরণ লাক্লে।

ইরোম :— হাওবমদা লৈবা ইরোম পীবা লাক্লে-কৃত্তিবাসনা যুম ভাকখি।

থিংনাম সংবম :— থিংনামসংবম তোম্বা আসাংবম চন্দ্র পাম্বুনা মাগী ঈদি পিলাইবা লোইজ, মাগী ঈদি খুরাইটাবা লেখাংনা ময়ুমনে। থিংনাম হুম্পাক যুমদ লৈবা নমবেল মাপাল থংবা কা ভুকগী ঈদি ময়াংদা লৈ। মথং পাংভুকপোনা যুম তাকই। থিংনাম মোংনাং লাক্লে। বকুচিংগী থিংনাম খুরাই টাবা জয় ময়ুমনে।

আখোম :— মারিজ খোম্বনা লংমাইথেম চন্দ্র পাক্কুনা মাগী ঈদি অখোম গোবিন্দ লাক্লে। থাঙ্গদা লৈবা অখোম ছত্রসিং ময়ুমনে।

মৈতৈ দিণ্ডু খোণ্ডতেকচানা :—পুকৈরেন চন্দ্র পাক্কুনা কৈরেনবা পোকই নিংথৌ এই। কৈরেনবানা লোইজাবা চন্দ্র পাক্কুনা মারাবা পোকই। মারাবানা লাম্বাসু পাক্কুনা অমাংবশা, হাওবা কোকুকা অনিমক পোকএ। আমাংবনা নিংথৌ এই। হাওবা কোক্কী ঈদি :—

খুন্দ্রাকপম :— তাংখম টাবা খুন্দ্রাকপম ব্রজমোহন ময়ুমনে। থাংমৈবন টাবা খুন্দ্রাকপম জয় ময়ুমনে, নরসিং খুরাই টাবা দয়ানিধি ময়ুমনে বাংখৈ লৈকাই টাবা সুভদ্র ময়ুমনে।

ওইনাম থিংডেন তুম্ব্রসিং ময়ুমনে, থাঙ্গদা লৈবা খুন্নাক-পম শাজো ময়ুমনে। কোইজিং টাবা খুন্নাকপম খোংনাং মযুমনে। খুন্নাকপমনি হাংবা মায়াং লৈমাইদগী পক্লঙ্গা মুকুন্দ্রাম সোংকৈরাম চরণ, ১। লিদপাই ১ হিরন্যসিং ১, খগেন্দ্র লাইরিক খীবা দামুপী ঈদি সংজি মাধব সেলুংবা খুন্নাকপম ডাংব।

কাংঙাবগ :—কা ঙাবম তোমসেণগী ঈদি চীংচামাখা টাবা থাংপান মেজর লাইকম লাকপা মযুমনে কাঙবম মোংমৈদুং ধর্মসিংহ মযুমনে। অঙোম শাই পৌর লাক্কে। মযুম টাবা কাংঙবম কোন্ শাবা তুম্ব্রসিং মযুমনে।

লাইকংবম :—পুনিং লাক্কে নাহাকপম শাত্রাম লাক্কে। লাইকংবম হমু লাক্কে।

হাওখোম :— হাওখোম সাত্রাম লাক্কে। নাহাকপম তিন্নবা হাওখোম মলমোই লাক্কে। মলশাং টাবা হাওখোম শিবাদি ময়াংদ লৈ। মথং তোমামা য়ুং ঙকনি। হাওখোম কৈথোব খেলেম্ব লাক্কে। হাওখোম সগোল শেনব পাঙল্ লাক্কে লমশাং টাবা হাওখোম শিবাদি ওৈরাংদ লৈ। মথং চলসিংমা য়ুম ঙাবনি। মাঙ্গাকবগা তিন্নবা হাওখোম পামসা লাক্কে।

শানৌবম :— খাই টাব পান্থো মযুমনে। থিংবাদগী খাইব তুরেলসী মযুমবে থাংমৈবন্দ টাব সানৌবম পীবাদি মায়াংদা লৈ। মথং বাপুচানমা য়ুম ঙাকনি সানৌবম হরি লাক্কে, মমথোক লাক্কে।

কৈক্‌ৎবাদা খোংনৈম্মা পাংহুম্না ইরেংবগা নহু পাম্বগা অংহক পোকএ।

সাঙ্গ্রাই :  মৈতিংঙো ইরেংবনা নিংথৌ ওই। মাঙ্গুই পাম্বদা সোইবনা চন্নু পাংহুম্না মাগী ঈদি সোইয়াম। মাসিগী ঈকবো নৈমা লাই টাবা নাউজলসিং ময়ুমনে। কত্রং লাইবদগী সোইয়াম কোবা মাপাল টাবা যহুম থ ময়ুমনে।

সাইখোম :- তোনকেন ময়ুমগী কাংবদবা সেরৈসং (সন্নুবা) ললহাম্ব ১ চুরামণি ১ অসিদি নোং চুপনে

মৈতিংঙো ইরেংবন :— হাওরৈম তমহৈবীনা পিতোংনু নুফাবিদা ঙম পাহুনা। হংরৈমা তমহৈবীমা মৈতিংঙো লোইয়াম্ব পোকই। কাংরৈমানা খমলাং পামসা পোকই। মৈতিংঙু লোয়াম্বনা নিংথৌ ওই। খম্লাং পামসাবানা অঙোবা ঙাংলো লাম্বরা চন্নু পাংহুম্না মগী ঈদ :-

মুতুম — পুরুষতেম পোকএ। মগী ঈদি ললহাম্ব টাবা মুখম মুন্দলসিং ময়ুমনে তাংনৈদ নৈব মুতুম মাইশ্রাম যুমম্নে। নম্বুল টাবা মুতুম বীরসি ময়ুমনে। ললহাম্বু টাবা মতুম ভুবণসিং ময়ুমনে।

নফুংবাক টাবা :- মতুম যনগ্রাম লাক্কে। নম্বুল টাবা মুতুমগী নিবাদি-মায়াংদ নৈ। মথং জয়সিংনা যুম ঙাকলি। অঙোমদ নৈবা মুতুম পাঙল লাক্কে। খাইটাবা মুতুম পিবাদি মায়াংদ নৈ। মথং বললা যুমঙাই শগোলবন টাবা মুতুম রূপচন্দ্র ময়ুমনে। করো নৈকাইগী মুতুম কংলা লাক্কে। বাই

সেন্দ টাবা মুতুম পীবাদি মায়াংদ লৈ মথং রূসসিংনা যুম ভাক্লি। মুতুম জয়সিং মযুমনে। কৈ কিদং ললহম্বুং টাবা মুতুম ঝলসিং মযুমনে। থৌবাল টাবা মুতুম ঝলসিং মযুমনে। থৌবাল টাবা মুতুম রামানন্দ মযুমনে। নাহাকপম লৈকাই টাবা মুতুম নাহাকপম পীবা মায়াংদ লৈ। মথং গৌরসিংনা যুম ভাক্লি। নাহাকপম মুতুম নাহাকপম পীবাদি মায়াংদ লৈ মথং গৌরসিংনা যুম ভাক্লি নাহাকপম নবকুমারসিং মযুমনে। খুরাই টাবা মুতুম জয়রাম মযুমনে। খোংমন টাবা মুতুম জগসিং মযুমনে।

ছুইরোংবম :– পীবাদি মায়াংদ লৈ। মথং রামসিংনা যুম ভাক্লি। অহল লমনদি থৌবালতাপান—না হাও ওইনা যুম খাহাবএ। খোংমন টাবা ছুইরোংবমগী পীবাদি ভথেললা লৈ। মথং তুলসিং যুম ভাক্লি। লকুপোক টাবা ছুইরোম পীবাদি মায়াংদ লৈ। মথং মালতীনা যুম ভাক্লি। কোংবজম জাখাই লাক্কে।

মুতুম :– (মথক্তা ইখিব মুতুমগী বাংহৌব মুতুম কাংবু) মুতুম ইলাক গুংবা জয়সিং মযুমনে। সনা খোয়্গদ মুতুম তোনবা লাক্কে। লুপ্লংচৌদগী মুতুম লাক্কে। মুতুম অয়াল-হবম পীবাদি মায়াংদ লৈ। মথং খুরাই টাবা ভাগ্রসিংনা যুম ভাক্লি। থৌবাল টাবা মুতুম নীলানন্দ মযুমনে। হাওরং টাবা মুতুম তোনখোম্ব মযুমনে। মুতুম পুকচাও লাক্কে। মুতুম কলা লাক্কে, সাভাইপ্রো মুতুম গঙ্গারাম লাক্কে। মুতুম থোইব লাক্কে। কোপাকচাও টাবা মুতুম পূর্ন লাক্কে। খুরেন্দগী

